# থাব[illegible]

সম্পাদন তৌবা

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মমল লুপা ২·৫০

কোঙদোকপা

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই

ইম্ফাল।




১বা থুংনম—আগষ্ট ১৯৬৬

কোপি—১০০০

২শুবা থুংনম—নভেম্বর ১৯৭২

কোপি—১৪০০

লাইরিক নম্ফম—ভাগ্যবতি কার্য্যালায়া চূড়াচাঁন্দ প্রিন্টিং রার্কস,

শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল।

# FOREWORD

"Thainagi Sheireng" is a compilation of prayers, eulogies, folk songs and the like in archaic Manipuri collected from the old lore. This is so to say an outline of the history of Manipuri poetry and it will help litterateurs present history of Manipuri Leterature.

**A. Minaketan Singh**
*President*,
Manipuri Sahitya Parishad & Head of the Department of Manipuri, D M Collge, Imphal

*Imphal*,
the 15th Sept, '6[illegible].

# বাহৌদোক

মৈতৈ ময়েক অরিবদা ইদ্বুনা লৈবা অরিবা লাইরিক মচা মচা খরা ওঝাশিংদগী ফংজত্বুনা "থাবনগী শৈরেং" কৌবা লাইরিক মচা অসি মৈতৈগী অরিবা লোন্দা শৈরেং ওইনা ফোংদোকচবনি। লাইরিক অসি ওইনবা হোংনবদা পণ্ডিত ৺নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, সাহিত্যভূষণ রিসার্চ স্কোলার জৱাহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমী, পণ্ডিত শ্রীথোঙাম মাধব সিংহ, পণ্ডিত শ্রীথুমল্লম্বম য়াইমাসিং, থোংজাওগী ওঝা শ্রীখারাইবম দেবসিংহন-চিংবা ওঝাশিংনা পূকচেল চাওবগা লোয়ননা লাইরিক কয়া পীবিবদগী শৈরেং অসি পুথোকচবা ঙমজবনি। মাসিগীদমক পূকচেল চাওরবা ওঝাশিং অসিগী লম্মন তোঙ্গরবনি। ডি, এম, কলেজগী মণিপুরীগী হেড ওব দি ডিপার্টমেন্ট ওইবিরিবা প্রোফেসার শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা লাইরিক অসিগী ফোরৱার্ড অমা ইবিবগী ভাইবুংঙোবু থাগচ্চরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক মণিপুর সরকারনা গ্রান্ট খরা পীবিখি। গ্রান্ট অসি ফংজরমদ্রবদি লাইরিক অসি অস্নুক থুনা ফোঙবগী আশা লৈরম্মোইদবনি। লাইরিক অসি ফোঙত্বুনা এনা খঙজবা খরা ময়ামদা কংচবা ঙমহনবিবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্তৃপক্ষবু থাগচ্চরি ইভি।

তাং ১৮।৮।৬৬ ইং।

শ্রীনিংথৌথোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।

| হীরম | লামায় |
| --- | --- |
|  |

# থায়নগী শৈরেং

## য়াকৈবা

চীংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ
ঈমুং ঙাল্লে য়াংওল্লো,
হাওরৈ নোংপোক পাংবদ
সনা চীংদোম পোক্কুগী
মশেক মঙান লোয়ননা
মঙাং শুক চাকরায়রে,
কোরৌ নোংদোন ঙাল্লকলে।
সনা হ জৈ য়েৎনশং
লুপা হংজৈ ওয়নশং
ঙরাং লাইরেন নো জাদা
সনা লুকথোং হাহুনা
ঈমুং মঙচঙ তমথিবা
মঙতম মতম ওইরকলে।
লাইরেন লাংবা য়াওল্লে।
হুয়থৌ লাব চীকেঙলে
সনা কাঙখল মুংদগী
থরাক লৈন হাইদোকলে
সনা য়ুখল কাঙজরে।

ময়িম মোইরাং মায়গৈদা
য়াকৈবা পোম্বী 'চেক্তি
মোমম্ভু তালোয মরুম্বী
অতোম্বীনা ওই খ 'চেক
লোক্তাক উথুম খো'ম্নোচা
কৃম্বী শোয়রেন য়াঙবীদা
চেকলানা তুমতুম য়'কৈনৈ।
চেকলা খোঞ্চেন ত'বদা
ময়ুম কেগে মোইরাংনা
ঈমুং ঙাম্লে থঙনখি।
ময়িম শেনবী ঙৈরাদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
শেনবীচা কবো শোংগ্রী
লৌঙাকপীনা ওইখি 'চেক
চেকলা চাদি তেন্ন না
ঈমুং শীঙখোঙ য়াকায়নৈ।
মৈতৈ পোইরৈ পৃ'সিদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
চরোয়না তেতু খোংনৈ;
থিংবাই 'নিংথো পাউইনচেক
হেম্বা মুবা পাউইনচেক

খোম্নোচা—খোম্নোবীচা।

# খায়নগী শৈরেং

কাকনা লানবাক্ত চেনবদা
মরিম পোইরৈ মৈতৈনা
ঈমুং ঙাক্লে খঙনৈয়ে।
মরিংগী য়েনগোন মুংদা
কোকপ'চেক কাইরৈ চাদি
কাসা পাউতাক য়েনঙাঙ্‌ব
লোইমোম ফোংগো য়েনমুব
মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা
তৌবোম মানবা ঈরাংয়েন
মুমিৎ সনা পুক্রময়েন
কাইরৈ য়েন অঙৌবমা
মুমিৎ নঙবু খোরকলো
খবী নঙবু কারকলো
অঙান নঙনা থোক্কগা
তরা চেঙখুন উদেদো
পুংজা খুদিং থোংব'চেক
ঈমুংবদা কেক্রেক কেক
ঈমুং ঙাক্লে খোংলকলে।
চীংঙ নঙবু য়াহৌরো।

---

## লারোল

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুনথোকলা
পোইনাউতোন্না খুল্লিং লা
তকুপ তশেন লা
পোইরৈ তেরা লা
রাংগম পোংথো লা
খোইনাইজম খোইনাইওম্বা চন্নু
হাইন্নু তেরা লৌথিবী
শাইগং পোলিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোয়নৌ ইতা ও
খোইনাইওম্বা চন্নু ও
খোংনাং ময়াং চীং
মন্নাং কপনীং চীং,
লিন্নু য়াঙতেক চীং
কৈরাউ খাদা পানবা
চামলৌ লাবু লৈএ
পুন্নুং ঈশম ফোয়না
চামলৌ লাচেন্নকশি হায়রবদা
হাইন্নু তেরা লৌথিবী
শাইগং পোলিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোয়নৌ ইতা ও
খোইনাইওম্বা চন্নু ও

খোংনাং মন্নাং চীং,
মন্নাং ফপনীং চীং,
লিন্দু য়াঙতেক চীং,
কৈরাউ থাদা পানবা
চামলো লাবু কদৌনশিগে ?
কেগে নিগী চুথবা
মোইরাং নিগী লায়রবনা
অয়ুক য়াকি চৌনা
চামলো লা হেকপা
ঙমদরে চায়বগী দমক
কেগে মোইরাং খোরী
কৈথেনলেন্দা পানবা লা
শঙৌবী লা, ঙৌবলা
লা মুন লা
লা-পাই লা
পুমং চংবী লকৈপাকপা
চামলো লাবু লৈয়ে।

# পাথংবা লাংয়েনশৈ

গুরু থৌজান মায়োকনা
থমোই লাইদা কংনদি
থুরুম গে সে।
সত্তা লেংনা তিনবশা
পুকনীং শেল্লোং নিক্তনা
তাবি ও সে।
অহন গুরু লাইওইবা
তুবী লাইরেন শৈত্নবু
শকলক কে সে।
তুবী পাকন মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'দ্বু
পোকলক লে সে
চীরেন লাংয়েন তরেংমা
মৈরা তন্দুম ওইলদি
ভাল্লক লে সে
সনা থম্বাল লৈওংনা
চেলৌ মিংপু লংবাদি
কপিনা সে।
উনবী চক্কম মুংদগী

---

*নিংথৌ ফম্বাল কাবদা সনাগী কৈরাক কাথংপদা শরুবা ঊশৈ।

লাইরেন তাউরোইনাই 'হুনে
হুংকুনো সে।
তাউরোইনাইগী চকম দা
সনা থম্বাল শাৎলকপা
নীংথি রে সে।
সনা থম্বাল মখোঙদা
লাংয়েন তরেৎমা 'হুনা
থোগল লে সে।
থম্বাল লৈয়োন 'হু দগী
নিংথৌ শিদয়াই 'হুবু
য়েংলু সে সে।
নিংথৌ চোঙলেন থানববু
থুনগী শলাই মচানা
শাম্নরে সে।
মুংওন মুংশি য়াইহুবু
কোরৌ নোংলোন 'থক্কুগী
তারক লে সে।
মালেম লৈমা চাহুনা
শমু খুংপু থুমুদি
য়াবিরে সে।
লৈহুং য়াবী রোক্কুগী
চাথা মুরোন য়াম্বীবু
তানফং লে সে।

কংলৈ পুংময়োন 'ছদি
ভুবী লাংগুন অহুমলক
হৌখিরে সে।
য়োইনা গুমদম হৌবীশা
মালেম লৈপাক লৈমবু
পুরুম সে সে।
লৈপাক লৈমা মথৌজান
খোইমোম লাই লৈপাক্ মনা
সুংঙাই রে সে।
কুরুম চৌংগী হিদেন্দা
লাইজা ঈঙান ভাম্বকপা
কবি নো সে।
'তিয়া খংঙহৌ অহানবা
লা'য়েন তরেৎ অতুনে
হ'গুনো সে।
ভুবী যো'ঙনোংতা 'ছবু
সায়া কোত্তা চঙ্নদি
য়োইনরে সে।
নিংথৌ শাম্বা মক্বিথেন
অয়োং শঙলা'মৈ 'ছদা
কা'য়কলে সে।
নিংথৌ সনা তয়েংবা
লাংশঙ শঙলাং চান্দুদা

মাইথুংলে সে।

লাংগোই শগোল ফারেদা
করি ভেংথা শৈহুবু
অসিনে সে।

থেনলেন অহুম মক্কগী
ভুবী খুনঙম শৈহুবু
অসিনে সে।

গুরু য়'থং অরেম্পা
থম্মোই উপান ওইনবা
শকলক কে সে।

খোযুম নো দম মথৌজান
মাকয়ে 'হবু ওইনদি
লাম্নগে সে।

ঈরিক কো'গোন 'ন্নু পগী
'ভিয়া ভেথে'ক ভে'শন্না
ক'উগনো সে।

মাইবী খুত্তা থ'ম্ববু
মুঙাই মরাং ক'ম্ববু
কাউগন্ত সে।

মৈদিংগু মাংঙম শূম'ঙদা
মীংত্রেং মপান শারেদা
য়ে'দুসে সে।

মীংত্রেং চাহু লৈনিদা

থংলেন হক্তা থানদি
যেংহৈদে সে।
নুপী য়াইবী শিওইরৈ
নমু লাংওন তরেৎমা
শকলকে সে।
য়াইবী হুমলেন মুংদগী
শকনা পানবা য়েন্দুদি
করিনো সে।
নমু লাংওন শিওরৈ।
মৈবু ওইনা পোকলবা
অসিনে সে।
মেংমন্ থাজা মায়োকলৈ
মুমিং শী শু লৈনিদা
হ শুনো সে।
হকচং হুমলেন মুংদগী
য়াইবী থরায় ওইবদি
করিনো সে।
য়াওন লৈবু চিল্লকলে
শুরু সনা নখোংথানা
ভাকপি ও সে।
মালেম চিথেক মরিমা
মায়ৈগ নীপান চঙলকপা
মুংওম্রে সে।

লীকলাং পরেং লেংলকলে
শুংদাই তরা তরুকমা
চঙলকলে সে।

খাজা তুংইন চংখিবা
লীংখায় চুন্দ, মাখোইমা
তাকপী ও সে।

য়াইবী খুকম হোংবগী
নমু য়াইবী লৈনিদা
হংগুনো সে।

মুমিৎ লীংবুম শুনখিবা
খবী হান্না খোকলকপা
করিনো সে।

খবী হান্না খোকলকপা
নমু পোংবু ওইনদি
পোকলকলে সে।

নমু পোংবু ওইহুনা
খরায় য়াইবী পীমাপা
অসিনে সে।

গুরু থৌজান মায়োক্লা
খমোই ঊনবী সুংহুদা
খুরুমগে সে।

খমোই খম্বাল সুংহুদা
খাজা মায় ওরুনদি
খুরুম গে সে।

থম্বাল লৈকা অহুম্না
লৈরাং লৈরীক মুংন্থদা
যাত্তা সে সে।
ইমা লৈত্রেন শিদবী
কৈরা তাজিন থকুদা
রাইথুং সে সে।

---

## ফৌশু ঈশৈ

হয়ুম য়ানবা থৌদাংকোক
শীং চল্লকউ হায়রগা
ফৌ পুরকপা য়'নবা
নওনা চাকপু হায়রগা
ফৌগাক চজিক নমথিবা
চাকপু শানা পীজগে।
নওনা য়েঙ্গ্রাং হায়রগা
লক্‌ য়েনগং থুমনমদবী
য়েঙ্গ্রাং শানা পীজগে।
নওনা ঙ'বু হায়রগা
খোংবান্দগী ভাচকতো
ঙ'বু শানা পীজগে।
নওনা থুম্ব্‌ হায়রগা
ককলাংদগী লৈপাক তো।
থুম্ব্‌ শানা পীজগে।

---

# নোংলাউ ঈশৈ

নোং ও চুথরো
লাংজিন মত্তোন থূমহৎলো
পাশোর নূরাবী তাউথরো
উনম পাখং খুঞ্জরো।
কৌবা কৌমু নোংও
লোইজীং লোইয়া নোংও
ঈরেং ঈথম নোংও
থংজিং কোয়রেন নোংও
বাংব্রেন খানাচাউবা নোংও
শম্মুম মহারংবা নোংও
চীংথৈ নোংপোক নোংও
হাওকপ চীংশাং নোংও
খুনক্ষম ঙাওজেং নোংও
লৈরী নেংলী হৌরো
লৈখোঙ নোংখোঙ নেমমো
কোরৌ খোংদুম খোংলকও
মালেম লৈবুকুম্বী লুমখৎলকও
লাইজঈথাবী নঙ থাবিরকও
লাইজঈথাইবা নঙ থাইথবিরকও।

## মৈ

চকমোম খাম্বী মৈক্লেং'ঙাবা
মৈশূং মৈবা মৈ,
তেকতেক থৌহু মৈ
কম্বী নাউৈরে খুনা
খোইজু তোলোং মৈ
লৈখাম ঙাইবা মৈ
শরাং য়ুক্কৌ মৈ
পেংইরৈ খুল্লিং মৈ
থাওশুং মৈশেং মৈ
থৌহু নুংথং মৈ
পামেন তল্লাউরিংকোন খোমৈ
ভাইবং নমু পোংয়োকমৈ
খাম্বী মৈবুন থামৈ
লমজাউ খাম্বী ঙায়নমৈ
থাওভা লৈকাই পোইনমৈ
মৈরীক মৈজাউ য়াইওইমৈ।
চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুম্মোকতৈ
মতৈ লৈমা লৈনাউতাবীনা
ভাইবং খুল্লিং মৈ
অয়াংলৈমা লেমথোঙ মৈ
পুচেঙ কোকপা মৈ
লাংজেং থম্বা মৈ

চকপম্নবা ফূখি মৈ
হেমজেংম্নবী ফূখা মৈ
চেগায় ক'কুপ মৈ
চক তাংশোই মৈ
ভোমু ভোহৌ মৈ
শীংগন নোকাই মৈ
লম্বু ভুবু মৈ
তরেৎ লাইকম মৈ
হেম্বা পামচাক মৈ
শঙ্গু তেকচাক মৈ
খাজা উপীতরান মৈ
লমলেন কাচকপু
খাম্বী মৈ পীনৌও
হায়না নদাইরেমনা
মৈশূৎ থক খোং
শম্বোঙ মৈরিয়াইদা চন্না
খাম্বী মৈ নিজববু
কুবিও
খাম্বী পায়মা পীবুকম্নং
হরাউ মখোই তোংবি-ও

---

# হিজন হিরাউ

চীংগু খোইয়ুম লাইমিংথৌ
খোইহুম য়াহবী এলহৌগী
অমম লৈশা হাল্লকপা
য়াহবী ওংথ হুমওইনা
খেরে মুংগোন তকুপহৌ
পুইদিং নোংথাও তরওলেন
তরও লাইজা ঈপোকপা
( চীংগু ) লিন্দাউ তাউবী ইয়োইনাই
( ভুবী ) লাইরেন তাউরোই নাই
নুংগু শিদবা নুঙ্গাওমহারাবা
য়াহবী নুংঙৌ পীমাবা
চীংগু কোরৌ অয়েংবা
রাংবা নিখৌ পাঞ্জুবা)
হুপলা মপান থাবগী
হারা মউ লিংবগী
মিসেক মোংপাই মহুমহুং
পরিং লাংশং কন
উকাক মারথোং য়াননা
মালেম লৈশেম লকপা
কোরৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো
কোরো নোংমদোন নুংনাং কাউথংকোন্দা
মালং মু শিং শিদবনা

তোংলেন ছপ্না শীৎপদা
চীংঙু য়াম্না নখোঙ্গন
লাংবন খোঙ্গু খোন্দানবা
খেঙ্গেন উ নয়েকথোকনা
নপোক খোঙ্গা যাম্লকপা
চীংঙু ইবুঙো নঙ্গা
নশানৌ খোঙমোম লাইরেম্বা
য়েংইবু খুনলৈমা লনগুচাউবীগা
চীংঙু নতৈ ননাউগা
চীংঙু নঙগী ফম্বাল্লাং
মীরাই 'মনা চঙ্ঙমদবা
পোঃলাই 'মনা য়েংঙমদবা
কিযোং লাইশঙ অসিদা
চীংঙু নতৈ ননাউনা
ফমফম লবা অসিদা
খোঙমোম নঙগী নদাইরেম
নথুন খুনপূক অচঙবা
খুন্থক্কি মরাঙ হৌবা
খুনথাদি ১নিন নাইবনা
তাঁঙ লাইচা ফওবা
তানমু লাইমু ফওদবু
কোরৌ নুমিৎ শীংবুমদি †
হয়াউ শকশেম তম

থৌথোক কুমৈববু ঈয়োং
শঙদিং কক্কে হায়রকলে।
লাইরেন মৈদিংঙুগী মদাইরেম
পোইরৈশৈশকপা রাংঙম তেংথাবনা
চীংঙু নঙগী অহিং
চীংমুং চী·খোঙয়াকৈ 'চেকনা
অয়ুকতনা য়েন্দামাঙ অঙনবদা
লফূৎ কমজিংলাংবু কম
পেনা মু·ঙোনববু থাদপম
চৈজিং য়েংতা পায়না
চীংঙু ইবুংঙো নঙবু
হৌরো হৌরো হায়না
অহিং ঈমুংচী·খোঙ য়াকৈবস্তুঙ
চীংঙু থোদোনলোমগে হায়রকলে।
চীংঙু নঙগী নমাইবী
খাবী লৈরেন ক্রম
অমাই শীংকোক কয়ীনা
শীংয়েন লৈজ্ঞন লোই
চামলৌ লাথা লোইনা
অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা
চরৈ ফিঙৌ শেং
চীংঙু লাকথোং কানা

---

* শঙদিং—ফি। চামলৌ—লা।

চংবী লাবাক ফম
শরীকলাইহুই খুত্তা পায়হুনা
চীংগু উদবা মপালাক
খোইয়ুম খণ্ডবা মমিতমলহুনা
চীংগু লাইবাউ চেন
খোইয়ম লাইরা হায়বস্নুও
চীংগু খোদোললোমগে হায়রকলে।
চীংগুনরম্ব খোইয়ুমনমাইবা ঐখোয়না
মুমিদাং তাংলৌ লৈনাথেঙ
অমম তোনবা নারনশি
মশেন লাবনা কোনখিতম
মীনাইতনবনা য়ুমচঙ তমপুফং
মীনাই লাবা লৌকাতম
লম্বীনাকী হামুনচারা লেপতমলৈবনা
চীংগু লাফঞ্চই তম্বুফং
মনবী লৈপুং কোইজ্রাউবনা
কাওরেন শনজ্রাইতম্ব ফংলকলবসিদা
মৈদাংগু লোইনাই খুম্বী
লমদাং অচৌবনা মুংলক্লবসিদা
হয়ি খুমুং লাবচকভৈগী
ঔগ্রী রাকমা খোল্লোনশৈ
কোরৌনেংনা শারৱঙসু নোদাইশৈ

মালেমনৈনা কায়রবস্তু লৈতাইশৈ
ঔগ্রী খোল্লোনথোক খেল্লো
পাউসারাইবু মতোল্লে'মসকলবা অসিদা
চীংঙু খোইযুম নতৈবন'উনা
রাকৈয়ে অনী খাচীরা
তোংজেং অনী খাবা'ননা
রাকৈয়ে হিদাম্বগে হায়রকল্লে ।
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী
রাকৈয়েমথুনেং তোংজেংমহুংচঙ অসিবু
রাকৈয়ে হিজিগাং কুগী
শেন্দাং য়েম্বী মরিস্তু ,
কুরাক শিত' মহুম
কৈনা শীংখা রা'কৈয়ে
হি চিংথোকে হায়বগী
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িথৌগীমদাইরেম
পাথং সাংজ মথো'কলকপা নথোম্বু
নযু খোইযম লাইয়িংথৌগী
রাকৈয়েমথুনেং তোংজেংমনুংচঙ অসিবু
রাকৈয়ে হিজিগাং কুংদগী
খোইয়ুম ক'পৈ মশুমাং
অসিতঙ'য়ৌনবা হয়ামশা চিংথোকশে
হি হি হি
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বগীমদাইরেম

মুজা লাংজেংমথোকলকপীশিং নখোয়বু
নবেন খোইমোম লাইরেম্মগী
ৱাকয়েমখ্‌নেৎ তোংজেংমমুংচঙ অশিবু
ৱাকয়ৈ ছিজিগাং মুদগী
শেম্মাং য়েনথী মরীনতেং
কুৱাক শিতং মচুম
লৈনা শীৎনা ৱাকয়ৈ
হি চিংথোকশে হায়বগী
য়োইবু নদাইরেম মুজা
লাংজেংমথোকলকপীশিংবু লেংনা ত্তিন্নকলে।
খোইয়ুম কংলৈ মশূমাং
অসিতংঙায়োনবা হুয়ামশা। চিংথোকসে
হি হি হি॥
চীংঙ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
নবিংঙাগী ৱাকয়ৈ নখ্‌নেৎ
তোংজেং খংনৌনমুংচঙসিবু কনামা
হিদোং হান্নকপনা হায়রবদি
লহান নোংগীবু লৈঞ।
লহামোং ইবু মুংবান
হোঙমেম পুৱাংনিংথৌ পুন্সিবমা
মোমমু তংলোন মকুম্বী
ঈরেম তাইদন লৈমা

মোইচচম্বু হে'ই থিঙৈদ
মপল থরৈ চমোইবনা
মমোমগী দমকপু লনউল্লকপা
নেম্বী অরাম্ববদি সুংদচন
চরৈ কি খুৎশা
মাম্লোঅচানবদি পান্নথোংনা লনউল্লকএ।
নেম্বী অদুনা মভোম
মখোক লোয়গে হায়রকলে।
মোম্‌তালোয় মরুম্বীগী দমকপু
হয়েং পোইরৈচাদোন্না কাউদনবা
য়াংঙম শৃদোন্না নিন্দনবনু
নেম্বী মভোম মপানফূক্লা
শীং থারমগে হায়না
থাঙলেন নাপন হাই
কজেং য়োংহূকচন্না শীংথারম্মে
অদু নোংশীবু শীংথা
খন্দোমইও ভোনা কৌএ।'
শীংথাথোনমরক্তি অদুস্তু মদোমদে।
লহায়োং কোরৌ খোংজোম্বী
য়োইক্লমলোন হুংবান চম্ভু
খোয়নৌ মতা তরুকমক্লা
মশাবি মমানমচা হাওকুরোইনাই
অতামশোয়শেনবা চহুইওকরানবা তরুকমকা

কোরৌ নোঙ্গামিন্নসে হায়না
নেখৌ শীংনাং তাংতনববু
নোংয়াইশীংবি মকু থোক
শীংনাং তাংগা থেকনা
কোরৌ নোংবুম মঙানি
শীংথানরম্মে অতু নোংগীবু
লমলেন লোল্লোই শীংমিৎথা
শীংথাখন্দোমঙ্গীও তৌনা কৌএ।
শীংথাখন্দোমঙ্গনা লাইজা মথিনাই
ইমু মঙাও হৌরকলবদা
শাবন য়াংবী মনমচাই
নাংবন লাউথরকনা থোংবান
লোইথোং মরীল থন্না
লিল্ল কেংনা তাউ
ককচেং তৌদোন থোম
তাংজা ফৈনা লাম্না
লাইজা ইরেন পূংলকলবদা
নয়ু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
শাবন লম থোকপা
কোংলৌ লম য়েংবদা
লাইজা ইরেনপূংববু মিংয়েংশানথৈরিতৈদা
লাংবন কৌজেং চোংবিচানা

চানা য়াদা চীকনা
লাইজা ঈরাল্লকপবু নম্ম
সুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবনা, মিৎয়েংশানখৈথিয়ে।
কোরৌ সুমিৎ 'মদি
লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক
চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবনসুঙ
খিকলোয় তাংমা য়াদচীকনা
চিবা মমৈ তোন্না
থুমু নৌগা ওইনা
লাইজা ঈরাল্লকপবু মিৎয়েংশানখেরা.
চেংলৌ মিৎথিৎলা মিৎয়েংতেনপাল্লবগী
নম্ম সুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
পায়মা পিবুক্লুংদা নাংখনখিয়ে।
সুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবা এসুঙ
তল্লা চাউথোহবা পামেন
রাংথোইববু হোই খিক্লবগা
মরাং উকু হল্লা
রাকয়ৈ হি ওইরবদি
লাইজা ঈরান ঙমঙৈনে
হায়না অসুম নাঁঙখল্লবগা

থিংলৌনীংনাত্তনা মোংবা মরানয়ায়
সুংবান ময়ুমনাক্তা হলরাইর কলবগা
হে ইদাইরেম তনবা
সুংবান রাংমিৎথু খুৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
নবিঙডাবু লাউ ও
ময়ু এগী রাকয়েইথুনেৎ
তোংজে ইনুংচঙবু ওইনবা
কৌবা ইঙেনচীংদা কানা
তল্লা অঙনববু হোইথিরও,
হায়না পাওমেন রাগী
ময়ু কোংলোয় ময়াথংবু
কোরৌ নোংদা কাক্ষদা
মালেম লৈদা তাফদনগী
তাঙজা লুদা থোংনা
সুংবান পাচা হুপ
লুরাং শল্ল'ই তিন্না
তরা চেঙজেন তম,
নোইনু থুমজেন লাঙ
লেমলৈ ঙাচেন তম
থাঙজৌ থুৎতা শু
শীংজঙ লেংদা থোংনা
কৌবা চীংদা কানা

তল্লা অশুনবা চাউথোইবা
পামেন অবেম্ববু হোইথিরকপবু
কৌবা হিংলেন চীংগী
চীংশা নাপোম অরাংবগী
হুইথরকপা ঈরোক অশুপ্পা
ভময়া লোকমায হেনবদা
তল্ল রাংশু নমজাউথোইবা
খরেগী লুরাংবনা কাওমদা
যেনাউ শাখিবনা তনশুমদবা
পামেন অরেম্ববু লমশুরুবগী
পামেন উখোং কান্
কুংবান রাংশিংখু খুংহৈবা
লুরাং রা মনাউ শিলহৈবা
অনী মক্ক পাওমেল্লকএ
লুরা ইমাইবা থেয়মমরম্ব—ও
নখে যবু তল্লা মায়খশুবী
পামেন পাউ থেম্বররো
হায়বগী লুরাং মশাইবনা
খাওলেন নাপন হাক
কজেং য়াংহুক চন্না
চামলৌ লাগা থানা
শীলেন লৈহুন তে
ওর চেঙেঙৌ কাহাপ্পা

কাইরৈ য়েক্নম কাংখিন্না
ভাউজ্জীং অশং য়েন
হৈরাঙ অমুনখন্না মায়খঙবিরবগা
সনা য়াইগা ছন
লুপা কোনগা থানা
কোরৌ লন শারবগা
কাইরৈ যেলহিং থানা
পামেন মমন তমলবগা
লুরাং মমাইবনা পাওমেল্লকএ
মুংবান রাংমিংথু খুংহৈব-ও
তল্লা উরাহ থানা
পামেন মতীক হায়রো
হায়না পাউ তাকলবগা
লুরাং রাংমিংথু খুংহৈবনা
তল্লা নওবু ননিঙনববু নীংকরোই
পামেন নপাম পামনববু পামকরোইএ
হায়না পামেন উরাই
কনা অসুম পাওমেল্লবগা
মুংবান রাংমিংথু খুংহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
তনবা হাওশিঙমগচিংবা অনীমনা
মুংবান ইপা চা
লুরাং ইয়েল্লু শিংও

য়োয়ময়ায় লাইরেন ভাউরোইনাই
ফুমিৎ মতাং তেনখরে
হয়েং কৌবচৈংলেন নোংগশোয়য়বদা
শীংজঙ লৈত্তোই চন
পামেন উরু তুপ্‌সে
লুরাং ইখোয়বু তময়া
লোকমায় অহেনবা অসিদা
ইরুম থাংপোক লৈনা
শানা কৌবা য়ায়রেকলসে
চৈংলুং নোংগা ফ.ইখিসে
হায়না লুরাং মাখোয়গী
থাংপোক ঈয়া শগুদা
থিংলৌনৈংনাতেনা হনরাইহুনা য়ায়রেকথিষ্ঠে
কৌবা চৈংলুং ন্যোংফাইরিভেদা
অহিং ঈলুং শোয়য়ায়মদা
প:লেম মমা শাৎমাবী
উপী উরেন পোকপী
মালেম তমপাক লৈরেনহনবী
চৈংশাং নাপোম লৈমা
মালেম কাপতু হুহরেন
য়াইমরু খোইরালেমফু মপানগী
হুইরেন মপান য়াইমরুবুওইনা
মালেম মপুং ফারকপী

চৈংনুং নোংথাঙ কুপ্লবা
চেংলৌ শকথোং ওইরকপী
ঈরোক লাইচম লৈমা
শাম্বা থাংথোং পোকপী
ফৈজা ফৈভৌ পোকপী
মপন পলেম মমানা
পামেল ব্রাংম্ব নমথোইবা
তল্লা অরেম্ববু থীকলেন
থাদা কোননা পাওমেল্লকএ।
পারি তল্লা চাউথোইবা
পামেন ব্রাংথোইবা নওবু
পলেম নমা এনা
নহান্নোং তল্লা নাউরানখুৈভ
পামেন হৈরাঙ চারি
নাতম হৌবকভৈদা শাম্বা
ওইয়ো থাংথোং ওইও
তনমু তলহাউ ওইগনু
শয়ি কুহি ওইয়ু
উপন লেংতা ওইয়ু
ফৈজা ফৈভৌ ওইয়ু
মিশি থাওয়ান ওইয়ু
হায়না পাওমেনববু ইবুংঙো
পলেম থৌতিক খোনবু

মাই রাচানদবগী মরমনা
তনমু তলহাও ওই
তল্লা রাংমু নমজাউথোইবা
খরোয় লুরাংবনা কাঙদা
য়োংনাউ শাপ্পবনা তনঙমদবা
তল্লা উনিংথৌ নাচুম্ববু
লৈনা শানলোল্লক্লবা নিগিনা
অসি নোংলেন নোংজাদা
মুংবান রাংমিৎথু থুংহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
মুংবান উ থিবা
লুরাং উ য়েংবনা
চেংলৌ মিৎথিৎলা মিৎয়েংতেনপাল্লহনা
কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা
লুপা কোনগা চন
মালেম লৈস্না অঙাঙবনা
সনা য়াইগা চন
চংবী লাগা থা
চেঙেঙৌ ফা হাপ্প।
য়েক্রুম কাং খিন্না
হৈরাং অশং য়েন
তাউজীং অমুন খল্লহনা
পারি ইবুংঙো নঙগী
তল্লা নমন হল্লমলে।

পামেন ঙরাই হকলবগী
তল্লা ননিংনববু নীংকদরে
হৌয়েং কৌবাঈঙ্গং শোয়রক
চৈংলেন নোংগা ঙাল্লকলবদি
শীংজঙ লৈতোই চন
পামেন উরু তূপ
তোংজং নাউমৈ ককনা
লাইরেনশাংবা য়াতাগে হায়রগেনে
পলেম ইমংনা কৌবা
ঈরোক লাইচম থূদিংদা
কোরনা মিৎয়েং শানখৈববু
তল্লা নঙ্গুম্ববু শাংতরিয়ে
ইমাদি তল্লা নমাল্লবা
কনা য়েংনা পানহৌরসিবনো
পারি ইবুংঙো নঙবু
ইমানা অরাং থংবা
উল্লেন হীবু চঙহন্দা
মালং নোংলীৎ য়ৈহন্দা
খাম্বী মৈশা লাংহন্দনা
তল্লা চ.উথোইবা নঙবু
নাউয়োকপদি শীঙেন অরেম্বা
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা
ইবুংঙো নঙবু ইমানা

তল্লা নতৌ করম্না
য়েংশিবনো হায়দনা পলেম
উপী উরেন পোকপী
মালেম তমপাক লৈরেনহনবী
পলেম মমাদো মিৎস্ন।
থম্ব'ন মানবা অনৌমক্তা
তরঙ লাইজা মরাঙহৌ
পিরেম খকমা তা
মিৎকোই লাইজা ঈকমতাউ
চীংজুম লাইজা ইফুৎথোকুম
কৌবা ঈ হৈথবগুম
কোরৌ নোংথোংবগুম মিকপখিরে।
মপন পম্ভৌ নিংথৌ
কোরৌ নোং ওইবা
মালেম তমপাক লৈওইবা
ঈরোক নিংথৌ নিংথিবা
চীংশাং নিংথৌ অরেম্বা
তল্লা চাউথোইবা পামেন
অরেম্বা পোকপা মপানা
পারি তল্ল: অঙনবা
পামেন অরেম্বা নঙবু
নপন পলেম থৌভিক
খোনবু রা চানদবগী

তল্লা নানিংনববু নঙনা
পামেন রাংমুনম্বা শানওল্লবগী
মুংবান রাংমিৎথু থূৎহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
অনীমনা হাওশি ঙমগচিংনা
মুংবান পাচা হুপন।
পামেল উরুভূপকে হায়রে।
ইপম্মা পারি নমান্নববু
কনা য়েংনা পাম্হৌরসিবনো
হায়না কোরৌ নোংলাউথোনগুম
মালেম লৈরাউ থোনগুম্মা
মিৎকোই লাইজা ঈকমতাউনা
কৌবা ঈরোক লাইচম
নিন্না মপন্না মিকপলবগা
তল্লা চিংনা য়েংনা
মপম্মা লনকু হৌরকলে।
পারি নঙবু হয়েং
মুংবান ময়ুম নাক
লুরাং মশাইকোনবু য়ৌরবদা
নকোক খোইয়ুম লাইকোক্তা
নমৈ খোইমোম লাইমৈতা
নথা শেনগা তোপ,
নচ্চুং খেবান লূপনা

মুংবান তীপ্পা খৈনহুন্নী
নুরাং লাইজা তাম্নহি
লোহদাম হিয়াঙৈ কুমশা
হিবু ওইরুও হায়না
লনকুরমলবগা মপম অনীমনা
ইপুং কৌবা চৌংলেননোংগা
ভাম্বকলবগী থিংলৌনীংনাতেনা হলন্নাইথিরবদা
লাইরেন ঈপুং ভাম্ববদা
খাংপোক ঈয়া শগুদগী
মুংবান মপাচা পুন্নহুপ
নুরাং শন্নাই তিম্না
পামেন উখোঙপায়না লেপ
তন্না উরু তূপ
পামেন উমৈ কক
মরাং উকু হন
উনৌ খোংজা শম
হিরি খোংজি নারেং
লোনগে ভৌগুম লকলবদা
নুরাং মাইবনা মালেম
থিংলৌ কাওনা লমওরুরবগা
পামেন নুগা নাউগা
অনীমদা সনা য়াইগস্থন
নুপা কোনগা থানা

ছিরি খোংজি নারেংলোন
ঙৌরি লীম্নাই নোম্না
হোই শোনথরকপবু তম্না
চাউথোইবনিঙ্গিনা পামেন চিংঙমদরবগী
লুম্নাং ম্নাংমিংথু খুৎহৈবনা
পামেন লুদা' তোং
তম্না হোইথেম চৈ
পামেন উম্নাউ চৈবু
শমু খুৎত. শূনা
পামেন নঙবু ননিংফরোই
তম্না নপামনববু পামফরে'ইএ।
নপন পলেম নমা
ঈরোক লাইচম লৈমা
মাঙ্গেম কাপতু ফইরেন
ম্নাই মরুবু ওইরিবীগা
নপন পম্থৌ নি থৌ
কোরৌ নোং ওইনা
মালেম তমপাক লৈওইবা
ঈরোক নিংথৌ নিংখিবা
নপম্না মিকপবু তারুঙনো
ইমু ফুংবান হোৎনেম
লুম্নাং নিংথৌ পুনশিবনা
পামেন নঙবু মরাং

## থায়নগী শৈরেং

উকু হন্না মোংবা
য়ুমলেন শাইগং খাদা
কোরৌ নোংমা হিবু
য়ানগে হায়দে পামেন
উপাক তংখায় ওইনা
তুরেন মোংবা ঈবু
কৈনা থিংনা নমুপোংবু
চৎনগে হায়দে হায়না
পামেন মতিক থা
অল্লা মঙন্ হায়রবদা
পামেন মিংখা লাউনা
কৌবা ঈরোক লাইচমলান
চীংশা নাপোম শম্না
সুংবান ময়ুমনাক্তা য়াইথুংলরবদা
ইয়ু সুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
হাওশি গুমগা চিংনা
হাঙমৈ ফানফক লৌ,
ফেন্দিন নাকলৌ থিন
হিংঙোন নাকলৌ শিন,
জমেন চিদাই খোম
মসুং খেবান লুপনা
য়াকয়ৈ হিশা লোইরবদা

নয়ু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
য়াকয়ৈ লুবু পায়
ভোংজেং নাউবু নান্না
পায়মা মুংদা নীংথনখিয়ে
য়াকয়ৈ ইথুনেৎ ভোংজেং
ইমুংচঙ অসিবু য়াকয়ৈ
কনাবু হায়া হিদোং
হানহনসিবনো হায়না নীংথজনবগী
লহান মোংগীবু লৈয়ে
ইশাবি লুরাং পুদা কোইথুৎকোইবনা
লোইরেম থুনবী লোক্তা
ময়ান থৌ চৎপদা
নোংখি ঊলুম হৌববু
খেংয়মা মায় ওক্লয়বগী
কোয়ৌ অচু য়াঙমদা
য়াংবন অশা খাঙওমদরবগী
ঐদি কোয়ৌনোংনায়েংবা শা
মালেম লৈনানীংবা শাবু
ওইরগে হায়না শতু
মান্দে লৈনা ফোয়না
য়াওয়ৌ মতু ওইখিশা

লোংখুম নামৈ য়েপ্পনা
শরেন মনা ওইখিশা।
পাখং শংগাই য়াইনম
মখূৎশূনা চীরেন ভোম্পোকপবু
ওইখি শাবু লৈএ।
য়াওরৌ শানিগীসুং ইশাখিনে,
ইশাবিনা হুমিং হায়খণ্ডেঙ
খবি হায়া উইএ।
ইশাবিবু য়াকৈয়েন্দুদা ভোংহল্লো।
ইশাবিবু লাইজা ঈকাইচনগনে
খূদোপ ঙাইজা য়েপ্পীও
লৈকুযূশিনবিও লৈয়াইখমখাংবিও ভুরেললাতাউবিও
হায়না পাওমেন য়াগী
দুয়াং মমাইবনা লৈকুয়ুশিনবি
লৈয়াইখাম্বী ভুরেল লাতাউশিরক্দা
নম্বু থুংবান হোঙ্গনেম
দুয়াং নিংথৌ পুনশিবনা
থুংবান ইপা চা
দুয়াং ইয়েন্নু শিংও
লাইজা ঈনা য়াংবরা
হায়ববু কম্বোংনানা য়াংথোইএ
কম্বোংনানা য়াংবরা হায়ববু
য়াকৈয় দুনা য়াংথোইএ

হায়না পাওমেল্লবগা নয়ু
মুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবনা লমলেন
মদাইমা চেংথৈল লুরাংগি
তাকনা লৈরোং ঈ
থাউথুবা থূদম ঈ
থাওহনবা খাইদম ঈদা
কোরৌ মচি শোয়শেনগি
রাংবন মনাউ ভাইরোংগি
মমোম লাইপাক্ত তাউবী
লাইত্রি লাইশন থানবী
থীকলেন খোম্মুক হাংবীনা
মপারি লমবোং ভাথিবা
ঈনফু তোনপা লং
ঈল্লেন থাকুপ হৌবা
লেমথৈল ভাহা তানবব
লাক্করে হায়না মিংকোয়
লাইজা ঈফম তাউনা
মুংশি খোং লমলেন
চেংথৈল লুরাং ঈদা
নয়ু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা
মাণিহৈবা পোংকম নৌ

ঈরাং শংশং থাইফবা
ফনাম্বদি নৌচিন ভুমহৈবা
নৌদি পোংকম নৌ
কেপে মোইরাং শোংকিনৌবু
নোরেন খাওতপ লাকনা
তনমূ নাকন ফু
ইমু নমদা হুম্না,
হিয়াং কংদং য়ৈনা
পুন্নং লোইদাম কুমশাববু
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা
চীংঙু নতৈ ননাউস্নুঙ
লোইদাম নকুমশাবু ফ লকলবগী
ঋাকয়ৈ অনী থঙ্গিকনা
তোংজেং অনী থবাংননা
ঋাকয়ৈ হিদাম্মগে হায়রকলেদা
চীংঙু ও দা
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ও।
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মগী
মদাইরেম শিংও নখোয়বু
তনবা অকনবা নরাওহৌ
মুঙ্গা অশোনবী নথিনাইনা

চীংগু মতৈ মনাউগী
ৱাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং
মমুংচঙ অসিবু লাইরেন
ঙাংঙোই য়োইমোংবা ভূশাকোন
ইমোইনু অহোংবী ভুজেংকোন
ভুরেন লাইজা ঈপাকথঙো
হয়ামশা চিংথোকশে
হি হি হি ।
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেদা
খোয়ম লাইয়িংথোবু হোনবনে
হিও শমজেং করেংঙা
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেনা
য়োয়বু লাইরেম্মবু হোনবনি
হিও শমজেং করেংঙা ।

---

# অহোঙ লোন

হেহৌ হেহৌ হেহৌ
হোঙনেমলো। হোঙনেমলো।
হোঙনেমসে হোঙনেমসে
লমলেনমদা হোঙনেম্বা,
মদাইমদা হোঙনেম্বা
কংলৈয়োন্দা হোঙনেম্বা
পুংময়োন্দা হোঙনেম্বা
খোয়মথৌবু হোঙনেম্বা
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্বা,
লাইরেনযাইনা ননোংয়াইনা হোঙনেম্বা
লৌখাইরেন্না নিংথৌরেন্না হোঙনেম্বা
লোইদামগীদি থা কাউদনা
লাংহৈগীদি কুম কাউদনা হোঙনেম্বা
খোইয়মপুগা লাইরমপুগা হোঙনেম্বা
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনবা অঙম্মক্না
থাবিগীদি য়োমলোই হৌনা
অশৈগীদি খোঙফাংলোংনা
কৌবা কানা লাংকথোং কানা
চৌংঙুরাইনা হোঙনেম্বা
থোংবান রাইনা হোঙনেম্বা
থাংয়িগীদি খোংজ্রোম্বা মশুমথং
সোরা রাইরৌ পানবা মনাসুম

ঋানামানবী ভেমথাস্থম
ভেংনামানবী কৌথস্থম
হয়ুমভোনবা শৈহৌস্থং
ভোনবালীকলাই শৈথুমস্থম
হুয়েনগীদি লাম্নিগীদি
পানবা কৈয়েকলাদি থাগথা
শঙম থরাইতাংদি থকথোং
হাওম্নু ভোনসন লাংমৈমৃদি ম্নাইদাচন
স্থমলেনগীদি মায়পাকপদা
নুরাহৌনা য়োমলোইহৌনা
পাখংগীদি য়োমদাংশাংনা
শেল্লোইগীদি লংমাইবিংথৌ চম্নু
লৈমকোনশংম্নু শাফবীবু
থবাগীদি মুবৈশঙবু
চুনবী মপারি
চেগাইমকারাবা লনশিংশূক
লাংবনগীদ উয়ুশূক
শরিগীদি কুহিশূক
শূকমুগীদি ভোনতাংবদা
শরীকথাংনা খিংখিংথাংনা
শূকভোনগীদি লংমাইথাংনা
পামেন রাইনা খাঙতপ রাইনা
শূকনীং কাঙনা মোইনীং কাঙনা

লোইমোম হুনা কুরোনহুনা
মংখারাদা হেনেমগীদি
চেঙচাতাম্না মায়ঙৌতাম্না
পামেনগীদি থোয়দিংলাদা
তম্লাগীদি থৈঙালাদা
উমুলদা তাংমালাদা
হৈতৌগীদি মংখারাদা
হুয়েনগীদি লাম্নিগীদি
চাওগ্নমুবু তম্মুবা
পন্দোইম্মুবু শাকবীবু
ফানালাদা য়াংকোকলাদা
কানমলাদা লোইমোম ফৌদি
তুংদাইন তরা চেঙদি
মাঙদা ইম্না য়াম্বীতাম্না
লোইমোম ফৌদি তুংদাইন
তরা চেঙদি মাঙদা ইম্না
য়াম্বীতাম্না মায়ঙৌতাম্না
খোয়মথৌবু হোঙনেম্বা
লাইরিংথৌবু হোঙনেম্বা
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনবা অহম্মরা
খোয়মগীদি লাইথোঙ হাংনা
কৌবা কানা লাকথোং কানা
চীংঙু রাইনা থোংবানরাইনা

খোয়মগীদি লাইরমইন্না
লাইরেনয়াইনা ননোংয়াইনা
পোইরৈ হৌনা খুঙ্গা হৌনা
ভয়ুম হৌনা নাইচা হৌনা
খোয়মথোবু হোঙনেম্বা
লাইয়িংথোবু হোঙনেম্বা
ভরালেমনা চেঙবানলেম্না
লোইমোমলেম্না ক্ষৌবান লেমনা
শীংলেন লেমনা লৈপানলেমনা
খোইমোমথোবু হোঙনেম্বা
লাইনিংথোবু হোঙনেম্বা
চীংঙুগীদি নরনকুবু
খোইমোমগীদি নথোঙ্গানবু
পোইরৈননববু খুঙ্গাওননববু
য়াঙয়ববু খুনংোঙননববু
লাইরেনয়াইদি ননোংয়ায়াদি
লীকলাইরেন্দি নোংথোরেন্দি
খোইমোমখাদা সনাখাদা
নথোঙখাদা লাইরেনয়াইনা
ননোংয়ায়না লীকলাইরেম্না
নিংথোরেম্না খোইমোমথোদা
লাইয়িংথোদা ননোংয়ায়গা
য়োয়বুবীগা ভম্বাবিগা

মৈত্রেমাগা চীংঙুরাইনা
থোংবানরাইমা কোরৌলেমনা
লনশালেম্না রাংবনলেম্না
পাউগালেম্না নোইনা তোক্লবদা
চমদমতোক্লবদা চীংঙু চীংচানথা
নথোজান্না লাইরেনরাইনা
ননোংয়ায়না লীকলাইরেম্না
নিংথৌরেম্না মযুলৈবু
হোঙনেমলৈবু লৈপুনশিবু
ইরানলৈবু কোনশিন্নমগে
মাকানথোক্নী কোল্লো
• হোঙনেমলো হোঙনেমসে।

---

## অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল বাল্মীকমুনিগী বন্দা লবনা ফাবগী মত্তাং

কোরৌ হুমিৎ অমদি
বাল্মীক মুনি মরানযায়বু
নাতৈনবা শগোল চাক্তাখিববু
য়োয়বু সীতা মপারি
মুনি মরানযায়দা নাউনৌবা

---

মরানযায়—মুম। নাউনৌব—পোকপা।

লব নাউরা অপিশা
গর মতিক লৈবনা
পুমুং চংবী লাকোনলক্তা
চংবী লারাক শেৎনা
লাংগোই মণ্ডম শাবু
হুন্না কোজোই থুরবগা
লাংগোই শায়াঙ তোং
মালং মুংশিং চৈরোয়ননা
থূরুপ মানবন হৌ
হুমাং লোকয়িচেন্না শায়ঙম্বু
শত্রুঘ্ন অথোবনা চেংলোমিংথিংলবগী
কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা
হুয়েন লান শোরুববু
লব নাউরা অপিশনা
শত্রুঘ্ন মায়য়োক য়ানা
রায়রা তেনর'য় লোকপবু
তেনকাপ থোওইদনা শোরুববু
শত্রুঘ্ন শমু মহকসাংদা
তেনপান ভুখোঙলোইনা পাল্লবগী
অঙাং নাউরা মায়য়োকয়াঙমদনা
অরা মখৈ লৈতরবগী
উনবী পূকনীং চঙনা

পুমুং—লকু। লাংগোই মণ্ডমশা—মজ্জগী শগোল। চেংলো মিংথিংলকী—উয়কী।

রায়রা তেঙ্গা লহান
মথরা রাবণ হিংচাববু
নোংমল্লবা তেনবী অথৌববু
লীরি তেঙ্গা থোং,
সন্ধান পান্দম য়েংনা
রা'যরা তেন কাপলকপবু
লব মহুকসাং নিংখিবদা
তেনপান ভুখোঙ লোইরবগী
মালেম লৈদা ওন্না
ভুরিভৈদা শক্রুপ্ল অথৌবনা
অচেন খংলৈ য়াঙনা
শমু খুৎনা লাকনা
কারবগা শমু ভুংপুন্না
পরৈ লানগা শানা
শমলাংতরৈননা শয়েং পানগলাকনা
ভুলাই রথ মথক্তা
হাপনা পুখিরে হায়দবরা ?

রামায়ণ উত্তরকাণ্ড ।

# কৃত্তিবাসী রামায়ণগী মতাং অমা

জয় রাইকরেন রাইকথোইবা।
রঘুবংশ শাগৈ পূম্নমক্কী
লাইপক খেন্নাই থোঙদা
শীংলেন চন্দনগৈবু ওইনরিবা
চীংঙু লীকলাং সুমেরু,
দশরথ নিংথৌ মপারি
দাশরথি অহেনবা
পলেম মমা পোকমাবী
সতী কৌশল্যা অহেনবীনা
আনন্দ মুঙাইনবা।
চেংলৌ মিংকোই থোংবু
থম্বাল লৈঙ্গঙ লৈগুম্বা
শিদবদি খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
চীংঙু নতীক অরুববু
সমুদ্র ইরেন পূংগুম্বা
দ্বিজ বামণ পূম্নমক্কা
দয়া থৌজান হৈবা
রাজা নিংথৌরেন সত্যরাচুমশূবা
শ্যাম শংবান্নবা
শান্ত পূকনীং তপ্পা
সংসার পূম্নমকনা পুরুম্নবা
হরি খোইয়ুম লাইয়িংথৌও

রাবণ নিংথৌরেনগী । বৈরিয়েক্লবা
চীংঙ্ঘ রঘু রামনাম্মুংবা
সনা নখোঙ খাদা
রামরাম শোল্লা পুরুমপে ।

লঙ্কা কাণ্ড ।

---

## ( শ্রীরামবু নাগপাশনা পুল্লবদা )
## সুগ্রীবনা তেংথাবা

রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা
হে ইবুংঙ্ঘ। রামচন্দ্র থোইথোইবা-ও
খোইমোম সনা নয়াথংবু
তয়ম লুদা থোংনা
নদাইরেম দিক মায়কৈপুম্নমক্তগী
খ্বা য়োংয়াম খোম্না
লঙ্কা লানশোক্লবা অসিদা
লানফম সৈনাই নংনা
লিল্লা থৌরি কোকঙমদবা
অসিবু করি রানো ?
বানর য়োংনিংথৌ ঐস্রঙ
খোম্নম লাইবক থীরে ;
কিষ্কিন্ধ্যা রাজ্য ইরৈপাকপু

নিংথৌ চাকচা পুম্নমকপু
শম্মু নমদা হন্না
খুল্লক ভথা চাকনিরগে
হায়না পিরেম খকমাতানা
মালেম লৈদা ওন,
মখূৎ লরাইনম্না মিকপলে।

লঙ্কা কাণ্ড

---

## পরিক্ষীৎ

কোরৌ গুমিৎ 'মাদা
থায়না লহান নোং
হ'রৈভেদা পাণ্ডু নিংথৌ
থায়াত কান্দাক লোনবনা
য়াওরৌ শ। তানবতুগুম্ববু
রাজা পরিক্ষীৎ নি থৌরেম্নচিংনা
সেনা লানমী পুম্নহুপ,
নম্মু য়োমলোই হৌ,
পুম্নং লানপোৎ শেৎ,
শঙদিং লাল্লৈ থেমনা
থোয়মা নারক চৎ,
য়াওরৌ শায়াম হাৎ,

লাবা ঈশোক লোন
খাম্বী মৈ নোংখোং
মৈরি পল ওইননা
শাফম চিথেক মরিমতা
য়াওরো শারিং য়ান,
শারেন কোনথোক লোম্না,
খাম্বী মৈশা তানববু
নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা
য়াওরো শা নূরা
মমোম শায়াম পাই,
শঙাই পিরেন শানা
য়াওরো পন ঙমখিববু
নিংথৌ মিৎয়েংশানথৈরবগী দমক
পরিক্ষীৎ নিংথৌ পাংগনবদি
লৌরী থম্মোই তিং
লকা তেনমৈ লাকনা
তেন্থাখিবদি লহান মযু
পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী
থিংলৌ ফমহৌ শাবু
নোংপোক মহাদেবনা শারেনপী
চফম ফাওনা রায়রা
তেন পানখিবা ভুগুম্ববু
য়াওরো চফম লেংনা

ভেনবানখিবগী য়াওরৌ তাইখান্না
শারেন খুত্তোই হুন
মিরেন থাবু খং,
য়াওরৌ হুক চেন্না
শারেন প’ন ঙমখিরবগী
রাজা পরিক্ষীৎ নিংথৌরেনসুঙ
শারেন তুংয়িন তান্না
য়াওরৌ খোঙ্গুন লৈখিববু
চীংঙু বিধি নোংদম্বনা
খোয়মা লম্মুক্করবগী দমক
য়াওরৌ খোঙখুন তংলে।

---

## চায়নরোন

লমলেন য়ান্না খোংদা
চায়না খোঙক্ষেম্নববু লৈএ।
নোংয়ায় খো’বুরাইনুচা অথৌবা
তনবা মীথন থাই;
কাওরেন মপাতাম্বা শনঙম্বা
মরোয় মাকপিত্তিং হাওমিয়াচাগা
লমলেন রায়া খোংবু
লম লোকে হায়না
চুঙ লোঙ ঙক্কহুক

খোকলাং তুং শোম্না
খেরে মাঙ ইম্মনা
মরান খৌ চৎলকপদা
কেগে মোইরাং খোয়রিতোম্বাউশু
মদোম তনবা মীথনথাই
মানবী মতুপহাংবা শনগম্বা
কেপে মরোয় খোয়রৗলমশিংবগা
লমলেন য়াম্বা খোংবু
লমলোকে লোইরাং লমচন্নগে
মরোং চেপ য়াম্না
খোকলাং তুং শোম্না
খেরে মাঙ ইম্মনা
লমলেন য়াম্ব'খোংদা লমঙক্করে
পাখৌ ইবিংঙাদি ইদোম
তনবা মীথনথাই মশেন্নে।
অসি কোরৌ নুমিৎমদি
চায়না খোঙ ফেম্নখিশে ;
নপা ইপা লাইনা
বা চুমসনো ঙমদবনা
থমলৈ কুম অমনভা,
অঙম্বনা লমলেন য়াম্বাখোংবু
লম চনসে হায়না
হয়েন লান থীংনখিরে।

ভনবা মতুপ হ'ঙবা
কাওরেন মপাঙাম্বা শনগুম্বামশেন্নিগিনা
থোয়মা মমায় ওন্দা
য়ামজেং মনম মুক্লদথিরে ।
কেগে মোইরাং থোয়রীতোঙ্গাউশূনা
তিমেন মমুং চঙবু
খূবাক তিল্লাই মেন,
খোকলাং পম শীংনা
লাবা খোঙকন নৈদথীন্,
চীনবান কোইহৌ নান্
হকচাং চেপচেপ লোইখোইননা
তিমেন তা হুনখিববু
থোয়মা লাংদোন শমনা
শোয়রেন ফূমমি তুনা
তিমেন তা পাল্লে
নো য়ায় থোংবু য়াইথুচানা
খূবাক তিল্লাই মেন্না
তিমেন মত'চাবু ফজবদি
ককলু শেংজৌ লংনা
মালেম নৈকং তু'র ।
শেল্লোই মপাঙাউ অনীমক্তি
পাম্বা কৈজংলা গুম্বা মশেন্নিগিনা
নোংয়ায় থোংবুয়াইথুচানা পাওমেল্লকএ ।

পাথৌ খোইরীতোঙ্গাউশূ-ও
খোকলাং পম শীংনবগী
তিমেন তা পান্দবসিদি
উনবী পূকনীং পেনঙ্কাক্তরিয়ে,
শমু থূংনা কংনা
হাঙমূকনা লেংকাই চনখিসে
হায়না তেন শীংনখিয়ে।
তনবা মীথনখাই অনীমক্তি
শারেন নোংশা লাল্লাউখোনগুম
শমু থূংনফংনা লাক্লয়ে।
মোংবা তাজীনথুরৌ য়েংনরবদা
কেগে মরোয় খোয়রীলমশিং
পান্নমা লৌশিং ফবা
চেংলৌ মিংনা য়েং
শমু থূংনা থিন্না
লোন্না পাক্তি তাকখিয়ে।
য়াম্মা খোয়রীতোঙ্গাউশূ ও
অসাইতৈ রা হায়নববু
থৌ কাউরবরা কাউগুনো।
চরৈ কিগোন মুংগী
নঙগী পথৌ শানফোংদববু।
কেগে খোয়রী অথৌবনা
নোংয়ায় থোংবু য়াইমুচাবু

য়ারেন খোঙথৈ তোন্না
মহাক কংনা চৈকখায়রে
চৈকপী ও থোয়্নেএ।
লাউনা খোংনা শিরে
রাইখোং ও থোয়্নেএ।
অদু নোংগীবু খোংবু
রাইনুচা নোংমন রাই,
থোংবু রাইনুচাগী মরোয়
মাকপিতং হাওমিয়া চাদি
পিরেম থরুক্না মুংশিচৌং
কেগে খোয়রী তোঙাউশৃদি,
রাইখোং লমচন লম,
মরোয় খোয়রী লমাশং অশিংবদি
থৌদোংচৌংও তেনা কৌএ।
কেগে খোয়রী অথৌনা
নোংয়ায় থোংবু রাইনুচাবু
লুরক কাঙদৈ থি
খৌনাউ লেম্মোঙ লেন,
থাঙলেন চেপ্পা চন,
তৌথোপ থন থংনা
লালু পোল্লেম হংমা
মরোয় কেগে খোয়রী
লমশিং অশিংবগা ঙাইরোইননা



থাম্নগী শৈরেং

মোইরাং মপাল লমদা
তনবা মচী হেন
লাবা মরাইলাংনা হৃদবাইর কএ

---

## কুমদম্মশৈ

নোং পাখংগী মপারি
নোংদোম কোরৌ হনববু
খুরুম গে দে।
পঙ্ঘৌশিংগী য়াট মরু
য়াটবী তাংগী পীমাপা
খুয়া থখান সেন্দ্রবু
খুরুমগে দে।
অচন গুরু লাতথইনা
ফুবৌ লাইরেন শৈত্তবু
শকলক কে দে।
খাবাংননা লেপলি ভৈ
মায়মোক পাশী থোংববু
উ-রা দে।
চেংলৌ মিংকৌ মথক্তা
মম্নু লাই শিদবত্তবু
কদাম্বনো দে।

মমু লাই শিদবদুদি
লাইরেন তাউরোইনাই 'তুনা
কোয়রিয়ে দে।
তুবী পাকন মুংদগী
লাইরেন তাউরোইনাই 'তুবু
থোকলকলে দে।
তাউরোইনাইগী চক্ষম দা
সনা থম্বাল শাৎলকপা
নী থিরে দে।
সনা থম্বাল লৈওইনা
চেৎলৌ মিৎপু লংবদি
করিনে' দে।
থম্বাল লৈয়োন মুংদগী
নিংথৌ শিদব 'তুবু
থেংকলকএ দে।
নিংথৌ চোঙলেন থাম্রকলে
থুনবী শম্মাই তরেৎমা
চান্নরে দে।
মুংওন মুংশি থঙনয়াই
কোরৌ নোংদোন থক্তগী
থারকলে দে।
মালেম লৈপাক লৈমনা
শমু খুৎপু থূম্র্দ
য়াজরে দে।

লৈপাক লৈমা মথোজান
সোরারেন লাই লৈপাক্লুম্মা
মুংঙাইরে দে।
য়োয়বু শীংচা কোনখিনয়াই
খুমুং য়োইচা লাইহুগা
খুরুমগে দে।
চীংঙু ইতম চাউবী
হুম্বু নায়েং শূবীসুঙ
খুরুমগে দে।
হে খোইমোম লাইয়িংথৌ
পোইরৈ লোইদাম ওইববু
কুমশারে দে।
পুশুম থক্তা য়াহিপ্পা
তোকমু মিনম লৌহুনা
ফংদরে দে।
কাওফে থক্কী লাকয়েম্লে
কে'রৌ নোং 'মাতংবু
লাইশেংএ দে।
য়াতোন থক্তা য়াহিপদৈ
লমকামশা থিনকাম তেন্দুনা
কামথরে দে।
ভুরৈ থোংগী চেনফদে
শারেন হিংসোঙ শায়নবু
য়াওজরে দে।

নোংভা মাঙনা শেংকিরে
লৈহুং য়িম্বী পায়নবু
পাউথেমলে দে।
চীংজু মাইথোঙ মায়েনবা
তাইবঙ পানমা থোইবদা
খুনথোক সে দে।
তাইবঙ শীংলেন য়েত্তপায়
থমুং লৈদি ওয়দশু
লৈয়েংনরে দে।
শীঙলেন লোঙমা থোইবা
কোম্বী মুচু নীকপনা
হেনথোইয়ে দে।
তাইবঙ পানমা থোইরিকুম
থমুং কংলৈ পুংফারে
থোকফরোই দে।
শানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন
তাইবঙ পানমা থোইবদা
খুনথোকলকও দে।
শঙবায় লোম্দাম্বা লৌকুম্বা
ইতোম পাংশোই নীকইদা
পাউথুম্মে দে।
মাইথোঙ তান্নোয় অতোম্বী
নশাবি লৈমা লৈহমু
চেয়খিও দে।

খয়ুং রাপী হাইবনা
তাইবঙ কোইচা অপাকপা
হুহপীরে দে।
লৈনাউ তাবী তাইরোয়না
পোইনাউতা খুনকাও থা'হুবু
ফংলকলে দে।
খোংচোন নুপী লৈতারে
হাওকু মমান মচাগা
ওক্লরে দে।
কূমচীন লৈনৌ পূকহুরে
শীংলেন লমহাই নাইনদি
কুমওইরে দে।
তৌকাই খুন থোকলহুনা
নোংদা লযোন হুয়বু
চোংলকলে দে।
সোরারেন ইমু খনওয়ে
রাংবা নিংথৌ ঈথাকুম
অসিনে দে।
কুমজীন ঈনৌ তারকলে
তয়া যেন্নীং শোবনা
পূকহুরে দে।
পামেন নাপু ফারকলে
মাল্লং খেস্তৌ ছৌবনা
নীংখিরে দে।

খাকপা নিংখৌ নোংখাকলে
য়াওবন চুম্মশাং 'হুবু
　　　　পান্দমলে দে।
চৌংয়া উ'য় শংলকলে
পামেন চ' হ'উ মপায়া
　　　　নীংথিরে দে।
পোনবী লমহাই নাইরকলে
হয়ু তংঙা ওইবনা
　　　　য়ুংওয়ে দে।
কোয়রেন য়াইরেন মিংথোংনৈলে
য়াইখ'ঙ ঙ ঙনা শাবনা
　　　　লমঙাল্লে দে।
চৈরৈ লুখাঙ_ তপ্তাইরৈ
থোপ্পা তরৈ ঙানবনা
　　　　নীংথিরে দে।
চক্রকোক সেকচুম ঈতুনা
মালেম কৈকক চঙনদি
　　　　তাইশিল্লে দে।
য়াইখাঙ চাদ কৈচুনা
চক্র তাংশোই পুমদি
　　　　লৈওইরে দে।
উৎকুন নোংলৈ হৌরকলে
হৈনা য়াংয়ু য়ায়দি
　　　　কুমশারে দে।

লাংলেন শোইরেন হুন্নকলে
নমু পোংলেপ কানদি
চাউরকলে দে।
কোওয়াং ৱাকাক কেন্নকসে
লোকলৌ কুযোম লাতুনা
লৈতারে দে।
চাকয়া কম্বোং নানৌহুন
কোম্বী শৌচীন লোম্নদি
নীংখিরে দে।
শাপন লৈরি থেনপানকা
লাংনা শমখোম কাবনা
কুমহৌরে দে।
কুমজা হারেং নৌহৌরে
তাইবঙ ঈৱান লৈহুদি
হুনকদে দে।
নমু মী হকসাংশিবু
কোনমন ঈৱাই ওঙ্গুয়া
মহৌখিয়ে দে।
থাঙরি পাইওন কোংথনবা
পুচা লুকনা পেকথোকপা
পান্দমবে দে।
লোইযোম চনীং কংবদি
পোইন্নু চাকা তমতুনা
হাপহৌয়ে দে।

ভাইবঙ পুনশি ঈরানলৈ
থী লো নীংনা তেনদি
হুনফ.দ দে।
শীবুক মুংশী লৈতানোং
খমলৈ কৃম্বা শীংথারে
কম্লকএ দে।
নে''পুম খুদিং মাঙখিম্রে
য়'ইথে ঙ শীংদা চল্লিবা
পামুইএ দে।
য়োয়মা য়াঙনা চুপখিবা
মুমিৎ খংচেং লাক্লদি
থামফদে দে।
লোইদাম থাজ শিখিবা
থে'ঙ লেন্না পোঁরোম্ল'দ
ঙাকঙমদে দে।
পূকনীং অপেন ভানগুনো
পারি ঙাই লোয়নফদে
করিনো দে।
মরন অপাম খনফরোই
লাংগোই শগোল তোংফদে
ওপ্লোকএ দে।
লৈমুং পোইনাউতা 'হুনা
শিদা হৈবু থিরম্বা
খঙলমদে দে।

তরা লৌচেন পোৎকুমনা
তম্লম নাই শমশাংহুনা
শিনকদে।
নোংমা খাত্তা পাম্লিবৈঙ
থৌজান পূক মাম্লবনা
মুংঙাইনম্লে দে
নৈনেৎ থক্তা ওড়লিবৈঙ
চীললেঙ খূৎথী ম্লাহুনা
ফত্তনয়ে দে।
নাপন ময়াই কাবনা
লাইজ, থককেন পান্দমনে
তৌগুনো দে।
পোং ওইবগী লাংসিবু
মিৎকূপ থূদিং লাংথারি
খঙঙমদে দে।
লাংশক মিৎযেং শানথৈথদে
মুজা শকপাম ম্লাহুদা
লাংথুনম্লে দে।
শিনা লাংবু শেমগুনো
খমমুং ম্লারক চাউবনে
খঙজ-ও দে।
মীনম লাংবু তৌগুনো
ম্লাচুম মিৎয়েং থৌবনা
উথৈঙনে দে।

রাচুম লাইনীং কাউগনো
য়াইবী লাংওন খিববু
খঙলোরোই দে

খরায় পোনবী পান্দমনে
চেকলা পাইখিবা 'হুনা
হানগনে দে।

খাক্ক দবা খরায়নে
তৌশং ঈগুম লাংওনবা
খঙলোদে দে।

তাইবঙ পান্নে খঙহমদে।
খমলৈ পাউখম ঙাইরিঙৈ
রাচুমন দে।

চৈওন খুদিঙ হনলোয়ে
পুনশি ঈরান লৈহৃদি
হনফদে দে।

সোইদ'ম খাগুঙ ওনলোএ
শরু লুতোং লৈহৃদি
ওনফদে দে।

খোয়খাউ লীগী ইরকপা
লাইনীং শাজেন চেৎপদি
খোইখোই দে

তুষান শাগুম পোকলবা

পনথো ঈহুন নোংগীনে
কোকফরোট দে।
খোঙমোম লাইগী মতীক্তি
পোংশীক মখৈ ফংবদা
ফজুনয়ে দে।
লিল্ল হূয়াই কাবদি
লাইশোন হীদাক হৈবনা
চৈরৎএ দে'
মমু লিনজেন হূহূদি
লাইশোন হীদাক চঙফদে
ওস্লোকএ দে।
লিনজেন রাপৈ লৈতবা
য়াইবী থর'য় খঙবনা
য়'ইফনয়ে দে।
য়েক্লা পাউনা চেনবদি
লিনচেন তিংথং নাইবনা
য়াইথীনয়ে দে।
পূকনীং অশাম লাংশেম্বা
শমু মীমাঙসম থাখিরে
খঙ্গ এ দে।
লাইব নীংবা নিপানা
পোঁনবী লাখত পান্দমগুম
লাইশোয় দে।

ভাইবঙ পানবু পাম্মুইএ
ঈকাই খুথী লাংছদা
তনগুনো দে।
চামা য়োনবু চারিদৈ
লৌশিং লাংথক য়াহবু
তৌগুনো দে।
নম্ব প্নকনীং থুংফদে।
নোংদম মতুং হল্লদি
চৈংগনে দে।
শিনযোম ফুংগী ইরকপা
কোঙয়াং য়া ই ইরকপা
খেৎফরোই দে।
ভাইবঙ ইরেন পুংশিবু
লাইজা ইরৈ চনগুম্মে
খঙঙমদে দে।
ভাল্লোহ ফুংচান য়াহনা
খোংচৈ চীরোন চম্নদি
লমদাল্ল দে।
পারি থৌজান য়াল্লনা
য়াকৈয় হিনম তনগুল্লা
থৌখমলো দে।
চীংথোঙ খুনৌ তোংলিদৈ
খোইমোম লাইবু নীংববু
কাউগুনো দে।

তাইবঙ পানবু হুন্নানবা
হৈনা থৌতিং কাস্তেদা
কল্লকএ দে।
চৈরৈ কিনৌ শেংলিইঙে
মাথং মুংওন মাহুবু
পাওমেন ন দে
কোরৌ তমথা লাংহুনা
মাওবন তেন মাইরকপবু
থওলৌরোই দে
মালং য়াইবী মাহৌনোং
লাইজা ইথিন ভোকখিবা
খামওমদে দে।
শিদনা পানবা নস্তেদা
মীকা মুংলাও মাহুবু
নীংগুনো দে।
লোইদাম কুমনৌ উবগী
হম্ম্ কুরুক চনবন!
মুংওন্নে দে।
কুমচীন লৈনৌ য়েংহুনা
মাইল্লে মরেং চনবনা
মীকপলে দে।
মপন লোংলুম পাল্লিইঙে

লাংচেং মখোক লকপবু
নীংশিংনুই দে।
শীংলেন নৈবু চিনহৌবা
মুজা শক পামলিতৈগী
মুংওল্লে দে।
হুপনৌ লেংলেঙ হৌরকলে
শজীক য়েন্নৌ কাবনা
কুমহৌরে দে।
লৌরাম শী মারেং অতেংবা
তরা চাতানলোয় শিংনা
লৌতারে দে।
কাঙরেন নিংথৌ মিংথারাউ
মানবী হয়ে হোইনদ
লৌ কুমলে দে।
য়োয়বনাই খূৎলঙ নুরাবী
য়াংতৌ লোয়বু লেংতিন্না
লৌতারে দে।
পুনুং মাঙবু শাৎমরোয়
খোয়নৌ মাইফাং লেংমান্না
লৌয়াল্লে দে।
তেৎনৌ য়োৎলৈ নোংখাঙকুপ
লময়ায় ভীদোং লাইশ্রাবী
শানফোঙলে দে।

মাঙ্গং হুম হুমলকপদা
মোম্মু খুৎঙ্গং তেরানশৈ
তেঙবাংলে দে।
চীংয়া নোংহৌ পূকহুরে
তময়া শান্তা উবদা
হুংনৌরে দে।
লাংনা ইনা শিঙ্কুনা
খোয়মা লাংতোন লেঙনদি
নীংথিরে দে।
লোকয়ায় হেনমোই লৈঙ্কুনা
লোকলৈ শনচী খোংনদ
লৈফাওরে দে।
চীং লৈপানবু য়েংঙ্কুনা
উনবী পূকনীং চংকদি
হুংনৌরে দে।
চানীং লমকা থল্লকলে
য়েংনীং মিখেংঙ লোনবনা
হুংঙাইরে দে।
পাখং অতেংবা শিংনা
ঙানবা লৈতোঙ লেপ্পদি
হেক্নৌরে দে।
নুরা থম্বাল মানবীনা

চৈরৈ কিনৌ শেৎনবু
নৌহৌরে দে।
খিংপা চোমনা নৌঙৌরে
মারাম চোমনা মাযপানবা
চুনয়ে দে।
পাখং খেনীং লমসংস্তোং
লাংবন স্তৌদ্রি খোংনাদি
পাউস্তোযরে দে
নুরা পনম হেকমাইকা
র'কমা খে'নমান শরুদি
সুংঙাইরে দে।
হৈর'ঙ লোঙচুম পাল্লকলে
চেকলা য়ে'মদম পৈনদি
ঙ'ঙৈনরে দে।
তম লৈপানবা লৈশংনা
মালেম লৈমায় শীনদি
পাল্লকলে দে।
লৈনম উনবী পূকয়ুরে
থাঙডা কৈরোয় ঙান্নদি
নোংশারে দে।
নোংলেন ঈনৌ তাবদা
লাইজা ঈমায় চোন্নদি
নীংথিরে দে।

থম্বাল লৈরোং হুল্লকপা
থরো নুঙ্গাং শাবনু
য়েংনীংএ দে।
শংনৌ মায়কোন নানৌহুন
মপান হোইতোম মানবনা
নীংথিয়ে দে।
য়োয়পা লৈমা লমওকলৈ
কোন্দোন ঈরাই ঙানবনা
চুনয়ে দে।
কাওরেন মিংকোয় মিংথোংলৈ
শনমিং ঈরাই থিংনদি
পাল্লকলে দে।
য়েনশম ঈমায় খুমলকলে
চংনিং খুমু শানদি
হুল্লকলে দে।
য়েল্লৌ মতা লামলকলে
লাইজা ঈরোয় ননদি
লৈকাওরে দে।
য়েম্না খুবোম শাবনা
লাইজা ঈমায় থি নদি
নীংথিরে দে।
হৈকক নারেং হৈরাংচান
তাউজীং মপুং ফানদি
চাউরকলে দে।

থংজিং কেপাক পানবনা
লাইজা ঈদা কাওনদি
কিংনাইরে দে
ভীংষ্ট নাউসং ঈরুপলে
ঙায় খেরাং থাংনদি
ঈফুরে দে।

খারা নাক্তংঙা 'চেকয়ামপাই
পোনবী উরেন খোংখৈবা
সুংওয়ে দে।

পোনবী চাক্তা নরকলে
থংগোং ঈরাই ঙানবনা
নীংথিরে দে।

লেমলৈ ঙামোং চাউরকলে
শনম্বা ফুমপৌ কানদি
কুমশারে দে।

ঈরাই ঙানবা লৈশিন
পাংয়ার কোনশাং থয়দি
পায়রকলে দে।

চীং লৈপান অপকশিংহুনা
নাপোম চীংলাই ঙায়দি
নীথিরে দে।

উভোন ঙানবা লৈশিংনা

থেমসা উকৈ লোয়নদি
নোংশারে দে।
লৈরোং মঙান নাইবদো
খোইমোম লাইদা কৎনবু
লনশানয়ে দে।
লাইগী লৈমন চিনবদি
তাইবঙ মখোই তোংববু
তানফংএ দে।
কুমপা যেৎ ওইনবগী
লোইদাম কুমজীন হৌরকলে
মুংওল্লে দে।
নোংতা লায়োন হল্লকলে
লাইরা নানৌ চোংবনা
পুকহুরে দে।
লৈগী তেনবুম মঙামা
ঋতু চৈরেয় নবনা
কুমহোরে দে।
খোইমু হুংকার চৈরোয়না
লাইনা পাম্বা লৈহুনা
পুকহুরে দে।
কুসুমলৈ লীকং তেনপান্দি
পুকনীং খোয়খৈ তায়েদা
খাঙ্গুমদে দে।

খোইমু ইনবা লৈশিংনা
মালেম লৈমায় শীনদি
পান্দমল দে।
মাজাং য়াইবী তুংরোইল্লে
লৈরাং যুগজঙ লৈহুবু
ওন্থোকএ দে।
চকলৈ তুম্নং লীরোইল্লে
লাইজা তোমশাং লৈহুবু
মুংওয়ে দে।
লোকলো লীকলা ঈপুরৈ
কেঞ্চি ওংলৈ লৈহুবু
নীংথিরে দে।
নোংতু খোরী লীচিংলৈ
শীংলেন লৈরম তরেংমা
পূকহুরে দে।
অরাং নোংখোয়রেন তূপু
ভুবী তাওজা য়াইহুবু
পুরুমপে দে।
লোইয়ম নোংবান থোগ্নাউজমচাহনা
শুক পাউতাক মতুংইন
হেপলি নাতৈ থিনদি
লেংজরে দে।
য়াকমা শৈদমপান 'সিনা

পুনশি ঈরান কৈশ্বু
কোম্নমগে দে।
চীংথং লাংনা পাংবরম
হয়া হয়ি চানগেদা
হয়ানে দে।

---

# লৌতা ঈশৈ

হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া
হয়া স হয়া স হয়া স
য়িং স য়িং স য়িং স
হে হে হে হে হে ভুপ্।
লমলেনমদা হেয়ি ও,
মদাইমদা হেয়ি ও,
কাংলৈয়োন্দা হেয়ি ও,
পুংময়োন্দা হোয়ি ও,
য়োয়ময়'ইবু হেয়ি ও,
ভাউরোইনাইবু হেয়ি ও,
ভাউরোইনাইবু অঙানবু মালেমথেবু
লাংজথেবু সনাতোনবু খোম্মদোনবু
থবিশেঙোইরেং অপানবদি লৈজহনখিম্নুনো।
হয়িচকচৈগীবু হেয়ি ও।

চীংঙু খোইমোম লাইয়িংথৌ
মালেম লৈশেম্বা নঙ্গা
কোরৌ নোংহৌরকপা নঙ্গা
নশানৌ খোইমোম লাইরেম্বা
মালেম লৈহৌবী কোরৌনোংহৌবীগা
খোইয়ম নতে ননাউনা
মালেম হৌভৈগী লৈগহৌভৈগী
হেয়ি ও।
কোরৌ হৌভৈগী নোংগা হৌভৈগী
হেয়ি ও।
শারেন নোংশা খাংবৌবনা
অরং ফাইএ।
পানবাকৈনা ভিতি ফাইএ
হেয়ি ও।

খারৈনা পোপু ওই,
লিন্দুনা কাংথৈ ওই,
নারিম্না লুমলি ওই,
লিনথাকনা য়ায়খুমিং ওই,
তুংবুননাউবুম্না য়োংথাংলি ওই,
তাংলৈনা য়োচৈচ ওই,
খৌনাইবনা লাঙ্গোল ওইএ;
ভৌনাইবনা য়োংথোন ওইএ,
থেংগুনা লোঙথুম ওইএ,

লিলহানা চৈবুল ওইএ,
অরং হাগা শোন
ভিতি ভুমগচিংনা থাম্লে
লোখোই হৌরকডৈগীবু হেয়ি ও।
চীংগু নকুম কুমগাউদা
নথা থাজা রাকাউদনা
হেয়ি ও।
খোয়ম লাইবংথৌ লেংগকাং
য়োয়বু লাইকুরা লেংগতিন্না
লাংলেন কোওয়াং রাক্কোন
থৌরৈ নীং তুম্বা
তেৎনৌ য়োৎ ফাকপবু
য়োৎলৈ লোংনা ফান্না
থাম্লে লৌতা হৌডৈগীবু
থাজ রাকাউদনা হেয়ি ও।
খোয়ম নতৈ ননাউনা
চীংগু নকুমতগু ফংলকলবগী
খোয়ম নগী লোইদামকুমদমলৌসি।।
চীংগু নগাইরোইবু লেংনক্কাং
খোইমোম নহিশাংবু লেংগতিন্না
চীংগু নরগু খোয়মনমাইবা
অইশলৌতা য়োইরেনলৌতা অনীমনা
হাওশি ভমগা চিংনা

নমু মীপুম মঙা
থাদৈগে য়োংশু মঙানা
থাগী লেংবা তিন,
অমত্তই লাকলো শিন,
অশৈ খোঙফাং লেংবা
পোইবৈ খুঙ্গা হুপ,
ঙযুম নাইজা তিন্ন
য়োংদৈ নোংথাঙ কুপ
মালেন দৈদাঙ মপানফোয়,
থোরী লীশাং তোই
তেংপাক লাম্পু শা,
হাক নোংগা ফো,
পোরোম মতা শম,
কাইদেং মক তুপ,
যুপা খুমন তান,
যাংদো মদৈ শম,
মাহি শোক্ত'ই তুপ,
লৌরী শু দাই যান,
পীরেন মচী খোমনা
থাদৈ ঙম থু লে।
খোযম লাইথি খোঙ হেয়ি ও।
চীঙু খোযম লাইয়িংথো
য়োযবু খোইমোম লাইরেম্মা

খোয়ম নতৈ ননাউগী
থাল্লে লৌরেনবা অসিবু
লংমাই চাইজি লৌরেন পাকপা
লোইদাম কুমদম লৌ'সিবু
লোইদাম ময়াই কা
চীংগু নকুমতম্বু ফংলকলবগী
কেগে মোইরাংচাদি শিদফৌ
নোংয়ার খুমনচাদি নাদফৌ
নে'ংবান লোইজা য়াংবা
লোইমোম ফৌরম তরেৎমনা
মালেম লৌপাক মনমশিনা
থাঙবি চোইনা লং,
য়ামজেং লৈকুপশিরসিদা হেয়ি য়ো।
চীংগু খোইমোম নরনকু
পোইরৈ মীপুম্মবু শেন্দা
রাঙম তেংনৌ চিদাইনাইদা
থংগুয়ি মপান ফাবা,
লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুবিরম্মো
খোয়ম লাইবিংলৌ-ও হেয়ি য়ো।
চীংখোং ইপুংমনাই ওকুবা
লীকলু থম্বাল লাংজেমসে।
ইপারি ইমোম ওকুবা
কৌথা কাওথুম তাঞ্জেমসে।
হেয়ি য়ো।

চীংঙু নরঙ্গ খোয়ম নমাইবনা
চীংঙু নংতক অরুববু
তেংথা ঙমদে হায়বগী
চীংঙু তাথিবিগুনো।
খোইয়ম অরাই লাংবিগুনো।
কংওরেন শঙ্গোলাবা মিংথংনবিগুনো,
পোংথো লাবা মিংথেংনবিগুনো,
অথিদি অথিনঙ তেঙ্গিও,
অরাইদি অরাইনঙ লাংবিও,
চীংঙু খোইয়ম লাইরিংথোও
ইযূ লুংবান হোঙনেম লৈপুঙ্গিবু
তাংজা লুদা থোংনা
কোনশিল্লমগে হেয়িয়ো
হোইরৌ হয়া হোহবৌ হয়া হোইরৌ হয়া
হয়া স হয়া স হয়া স য়িস য়িংস য়িংস য়িংস
হে হে হে হে হূপ হে॥

---

## নোংথাঙ লৈমগা হারাবগা পাউশানবা

শুন তরঙগী মথক্তা
মৈরাগী মশক কুমনা
ঙাম্নশানা লৈরিবী নঙবু

পায়মা ঐনা মুংচঙবী
তিল্লাং খোয়দাবীবু থোকলরে,
পেম্মা নঙবু কনানো ?
হোয়দা হে নাহাবা অপিশা।
লৈকু মরুম খোইচোম্মা
লৈরাই মরুম খোইহাউবা
লৈতৃম হুন্না পাউশবা
ইপল পুল্লাং কায়রেদা।
পুল্লাং লুরে'ম কারববু
শিংবিরোইবু হায়বরা
ইপন্নবু হায়ৈঙনে, শিংলমলো ॥
পেম্মা নঙবু হুন্দেদা
লৈপাক শঙদা সৈনী
কোরফান্দা ফমহুনা
মনম নোংশা য়াইবী
চোম কায়দোই শিবীবু হুনবনে ॥
হে পেম্মা নীংখিবীও
খিং খিং লৌজসে
পান্না লৌজসে ।
হে ইবুং নাহাব'-ও
য়াওরৌদগী শঙাইনা
মচী কেক্রু থোকরি
ললহামপুংগী কাকৈনা

মনা হুমাই শাদরি
তোকক্ষমদগী ঙমুনা
খোইজু তিল্লোং চিন্দরি ;
কোংবদগী ঙাখানা
চেঙ্গোই কানক নাক্তরি,
শূকনা মহৈ য়ান্দ্ররি,
য়াংকোকনা মপান শাদ্রি
নোংমৈ সৌজ খযো।

## লাই পাখং লাইনূরাগী পাউরৌশে

খিং খিং কৌজসে
পানা লৌজসে।
য়াওরৌদগী শঙাইনা
মচী সেক্রু থেংক্তরি,
ললহ ম্বুগী কাকফৈনা
মনা হুমই শাদরি
তোকফমদগী ঙমুনা
খোইজু তেংল্লোং চিন্দরি
কোংবদগী ঙাখানা
পোল্লাং কানক নাক্তরি ;
নোংমৈ লৌজরো।
ইতাখোয় চারাখোয়

শগোল চেনশে লাঞ্জেনসে
উরান চীংদোন লোমলুসে।
থাঙলা পোৎপু পুরুসে ;
লাইথরোই চাকথ'ঙনসে
হৈতুপ পীতুপ পীতাইমু
পানা তপ্তাইমু।
শগোল তোংবা কাইরংবা
নঙবু তোংবা য়াঙদেদা
লমগী পানা খোঙশাংবী
নঙবু শায়বা ঙ'ঙদেদা
ইমিং ইমাঙ হাইরৌনা
থ্বাক হাইরৌনা
হংচে কোল্লো।

---

# হোইরৌ হয়া

আ হৈ হে হোইরৌ হোইরৌ
হোইরৌ হোইরৌ নগে সে।
+ + +
আ হৈ হে হৈয়া হয়া
হয়া হয়' নগে সে॥
+ + +
হো হে'ই হা হা হা

হোই হোই হা হা হা,
হেরিল লিল্লা হেরিল্লা
হায়ুতে থুনলাইতে
হয়া হে হয়াহে
'তুবুথোইনা হরাউবা লৈবরা ?
*লৈবনে ডা হৌ
হৌ হে হৌ
হয়া নগে দ' ॥

---

# ৱাহৈগী অর্থ

## অ

অচেনথংলৈয়াঙনা—য়ামনা কন্না চেন্দুনা।

অপিশা—অপিকপা, চাউদরিবা।

অসি—ঙসি।

অসি নোংলেন নোংজাদা—ঙসি নুমিৎতা।

অহেনবী—অথোইবী।

## ই

ইদাইরেম—ইনাই।

ইপাচা ইয়েল্লু—ঐগী ধারা নালা।

ইশাবি—ইয়াম্বা, ইবুং।

ইয়ু—ইবুধো।

## ঈ

ঈ—ঈশিং।

ঈনফু—ঙা ফানবা ঈল।

ঈমুংঙাল্লে—নোংঙাল্লে।

ঈম্নং শোয়য়ায়মদা—অহিং নোং য়ায়দা।

ঈফাই চনবা—ঈশিংনা লাকপা।

ঈরাল্লকপা—ঈশিং লাল্লকপা।

ঈল্লেন—ঙা ফানবা ঈল।

## উ

উনবী—পূকনীং, চকম।

উনম—পাশোয় থুনগী মনীং মোইরাং লাইজি ওইরপ লৈবা থুন অমা।

উরান চীংদোন—নোংমাইজীং চাংগী চীংশা অমা।

## ঊ

ঊপী—শীং।

## ও

ওংখি—ঈশিং।

## ঔ

ঔগ্রী—লাইরোন ঈশৈ অমা

ঔরী—থৌরী।

## ক

কংলৈ—শূমাঙ, কোঙ্গং।

কজেং—থাঙ, যোৎ।

কাইবৈ—য়েন।

কাসা—লাই।

কিয়োং—লাইশঙ।

কুবিও—চানশিও, খোজ্ঞানবিও।

কুমজ্ঞা—চহী।

কেগে—মোঙবাং।

কোংঙ্গৌ—শাবন।

কোঙয়াং—র'।

কোবৌ—নোংদোন, অভিয়া, স্নমিৎ।

কোরৌ নোংদোন—অভিয়া।

কোরৌ নোংদোন—অভিয়া।

কোরৌ নো হৌরকপা—অতিয়া শেমলকপা, নোংদোন শেমলকপা।

কোরৌহনবা—স্নমিৎ।

কৌবা চীংলেন নোংগশোন্নরবদা—নোংভান্নবদা।

কোরৌ নোংলুপান অঙ্গৌবা—লুপা

## খ

খমঙ্গং—অশিবপী লৈপাক, যম

খমনৌ—নৌ।

খমলৈ কূম অমনতা—শিবা।

খমলৈ কূম্বা—শিবা।

খাকপা নিংথৌ—সোরারেন।

খাঙতপ—ৎংথায়, চবুক।

খাবা—উন।

খাবী—মাইবী।

খংম্বী—মৈ।

খুঞ্জা—লাইকম খাবম পংনা।

খূবাকতিন্নাইমেনবা—খুবংক্তা তিন খাকপা।

খুমু—নৌ।

খৃক্রুপমানবনহৌবা—খগোল খুক্রুপ থৌবা।

খেঞ্জো—লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ অমা।

খেরে—থাঙ তা মখোক।

খেন্নাই—লাইবক।

খোইমোম—লাই, চীংঙু।

খোইরা যান্নকপা—হৌবকপা।

খোইযুম—লাই।

খোংঙখুন তংলে—খোঙ্গুন মুংলে।

### ঙ

ঙাইরোইনবা—লোয়নবা।

### চ

চকমোম—মৈ।

চানা—নাপী।

চামলৌ—লা।

চিবা—উচি।

চীংঙু—লাই।

চীরেন ভোম্পোকপা—মচী নামতা পানবা।

চুথবা—লায়রবা।

চেকলা—উচেক।

চেঙচা মায়ঙৌতানবা — চেঙ চোইবা।

চেংলৌ—মিৎ, শক।

চেংলৌ মিৎথিৎপ—উবা।

### ত

তন্দুম—তন্দন।

তনবা—নিপা।

তনবা মীথনথাই—অথন্নবা অথোইবা মী।

তরঙ লাইজা—পি।

তরঙ লাইজা মরাঙহৌবা—পি ঈরা চেনবা।

তরা—চাক, চেঙ।

তল্লা—উ।

তয়ম—মনাই।

তাইদনলৈমা — লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী।

তাউক্তীং—হৈ।

তাংজা লুদা থোংনা— কোক্তা থোংনা।

তাংমা—মতাং অমা।

তাংলৌ—মতম।

তানফ লে—ফ লে।

তালোয়—মতু।

তিমেন—তা।

তেৎনৌ—যে'ৎ।

তোংজেং—হি।

তৌথোপ—পোলাং।

### থ

থংলেম—মন্না, মপুরোইবা।

থবি হান্না উবা—মু'মৎ থা মশক উবা হানবা, চহী হুনবা।

থরৈ চমোইবা—লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতু ঈরেম তাইদন

লৈমগী মপা।

থাঙড'—লৈকাই।

থাঙলেন—থাঙ।

থাঙয়ি—ফৌ।

থাঙযি খোংজ্রে'ম্বা — চে লৈগী নিংথৌ অমা।

থাজ্ঞা—থা।

থাযাঙ কোন্দাইলোনবা—থৌনা ফবা।

থিংবাই নিংথৌ পা'ইহনচেক—ক্বাক।

থিংকৌ—অফাবা শা

থোইকোইবা—অথোইবা।

থোইখোইবা—অথোইবা।

থোংনাং—মঙাং।

থৌতিকখোন - য়াথং, হ'য়রকপা ৱা।

থৌদাংকোক—মীনাই ( মীনাইদি লৈবাক্কী নিংথৌগী লাল্লুপ কাব-নচিংবা মথৌ পুদে হায়ত্থনা থৌদাং-কোক হায়রিবনি )।

থৌহ্—নূং।

ন

নদা'ইরেম—ননাই।

ননোংয়ায়—নশূ।

নবিংঙা—নখোর অনী।

নমু—মী।

নমুপোং—তাইবং মী।

নরলকু—নথৌজ্ঞান।

নশানৌ—ননাউ ইবেম্মা, ননাউ-নিপা।

নযু—নবুধৌ।

নাইচা—অহল্লুপ নাহাক্রূপ পানা।

নাউনৌবা—পোকপা।

নাউরা—অঙাং।

নাউরা নখুউৈ—অঙাং ওইরিউৈ, পিকলিউৈ।

নাউয়োকপা — অঙাং য়োকপা

নাতৈননা—মনাক নকনা।

ন্নুংবান—ন্নুরাং।

ন্নুংবান চন্দ্র—ন্নুরাং নিংঙোন।

ন্নুজা—ন্নুপী, ন্নুপীচা।

নীংখনখিয়ে—মপূক্তা খনখিয়ে।

নীংখল্লবগা—খল্লগা।

ন্নুবৈশঙ—ন্নুপী ময়াম পৈত্থনা লৈনবা শঙ।

ঙুমিং মতাং তেনখরে—ঙুমিং তাগদৌরে।

ঙুমিং হান্না খভেঙ—চহী হল্লে।

নুংনাংকাউখ কোন—অংতন্না, লাইরৈবাক।

নুরা—নুপী, শৈশাবী।

নুরাবী—নুপী।

নুবাহৌনা—নুপী ময়াম হৌনা।

নেস্বী—শী নাং।

নোঙয়—থুং।

নোংজা—ঙুমিং।

নোংপুম খুদিং—ঙুমিং খুদিং।

নোংমংরাই—শিক্ষম।

নোংয়ায়—খুমন, অদোন।

প

পনওমখিবা—নাস্থে কুনা চেনখিবা।

পরৈলানগা শাবা—লান্দা ফাবা মীবু পুন্দুনা থস্বা।

পলেম—মমা।

পলেম মমা পোকমাবী—মমা অপোকপী।

পাচা—শাগৈ শলাই।

পানগলাকনা—মপান্থোম লাকনা চি তুনা।

পানবা—কৈ।

পাণ্ডু—হস্তিনাপুরগী নিংথৌ অমা, যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল সহদেবগী মপা।

পাথৌ—মরূপ, হৌমিন কামিন্নবা লোংগাগী মী।

পার্থ—অর্জুন।

পারি—মচ নিপা।

পাশোয়—লাংজাং চাংগী মনাক্তা তাবা খুল অমা।

পায়মা—লৌশং।

পায়মা পিবুকমুংদা—মপূকনংদা।

পিরেমথকমাতান—মপিতানা।

পুচা লুক—থুম্মোক।

পুন্নুং—লফু, মরেপ।

পুরুমজগে—খুরুমজগে।

পুরুম্নবা—খুরুম্নবা।

পোইরৈ—মৈতৈ।

পোইরৈপুং—মৈত্রবাক।

পোকমাবী—মমা অপোকপী।

পোং—মী।

পোনবী—উচেক।

## ফ

ফম্ব'ল্লাং—গাদা।
ফেন্জিন—খ,ৎলাই মখল অমা।
ফৈরা ত'ঙ্গীনথক—তম্পাক।

## ম

মহূন—মতিক, মগুণ।
মগুম—যজ্ঞ।
মগুনশা—যজ্ঞগী শগোল।
মঙাং গুরু চাকরায়রে— মুমিৎ থে'রকলে।
মটীহেন মরাই লাংনা—মায়থোং মকালায়।
মচেঙ কা'ইরৈ—য়েন।
মতৈ—মতৈমা
মতৈ লৈমা—মতৈমা লৈমা।
মদোম—মতোমদা।
মপল—মপা, মমা।
মপাতাউ—মরূপ।
মপাতাম্বা—লাম্বা লৈতবা।
মপারি—মচা নিপা।
মমান মচা—মরা, মপুরোইবা।
মমোম—মচা মুপী।
মরাএয়ায়—ময়ুম।
মরুম্বী—মতৃ।
মরোং—চুং।
মশাবি—মমাম্বা, মরা মপুরোইবা।
ময়িম—ময়ুম।
ময়ু—মবুধো।
মানবী—শল অমোম।
মালং—মুংশিৎ।
মালেম—লৈপাক, পৃথ্বী।
মালেম লৈনা—লৈপাক্তা।
মালেম লৈস্না অঙাঙবা—সনা।
মা'ল্লো—ফি।
মিকপখিয়ে—কপখিযে।
মিকপলে—কপলে।
মিৎকোয় লাইজা ঈকম তাউনা—মমিৎতা মপি ঈরা চেন্না।
মিৎচেং শানথৈরিঙৈদা—য়েংলিঙৈদা।
মৈত্রেমা—মৈতৈ লৈমা, নৈতৈগী মহারাণী।
মৈদিংগু—মৈতৈ নিংথৌ।
মোইনীং কাঙনা—খুনিং কাঙনা।
মোংবা—য়ুম, ভুরেন।
মোংবা মরানয়ায়—ময়ুম।
মোমমু—নূপী।

## ল

লমওক্লবা—ওক্লবা, খোংনবা।
লমচনবা—লম লৌশিনবা।
লমদাং—লম্বী।
লম্মুক্লরবগী—লম্ম'ংনরবগী।
লমলেন—লমদম, অখোঁইবা লম।
লমলোকপা—লম লৌশিনবা, লোইচনবা।
লহাম্লোং—মমাঙৈঙ।
লাইজা—ঈশিং।
লাইরেন ইমুং ঙানবা—নোংঙানবা।
লাইরেন নোংজা—মুমিৎ।
লাংগোই—শগোল, শামু।
লাংগোই মঙমশা—যজ্ঞগী শগোল।
লাংজৌং—ইম্ফালগী নো চুপ্পা তাকয়েন পাৎকী মনিংদা পাশোয় খুলগী মনাক্তা লৈবা চীং অমা।
লাংলেন—রা, মচা মুপী।
লাংলেন শোইরেন - উর্নো।
লাংহৈ—চহী, কুম।
লালু—য়েক্লবগী কোক।
লিল্লা—লিন।
লীকলাইরেন—নিংখৌরেন।
লু—কোক।
লুদা থোংনা—কোক্তা হাপ্পা।
লুগা নাউগা—মরুগা মনাউগা।
লুরক কাঙদৈথি খৌনাউ লেংম্বাং লেনবা—মঙক ককপা।
লুরাংয়ি - কমেং অমসুং লমদেং খুল ফাওতুনা চেল্লকলগা ইরোইশেমগী ঈরোঙদা নম্বৃন্দা ঈতিল্লবা তূরেন অমা।
লেংনা তিনবা—ময়াম তিনবা।
লেমলৈ—ঙা।
লেমলৈ ঙাহা তানবা—ঙা ফাবা, ঙা থিবা।
লৈ—লৈপাক।
লৈঙাং লৈগুম্বা—লৈ অঙ'ঙবগুম্বা।
লৈতোইচনবা—শী জঙনা য়ানবা।
লৈরাং—লৈ।
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—অরেম্বা তারে, কাম্নদ্রে।

লোইজীং—মণিপুরগী নোংচুপ্তা লৈবা চীংজাউ অমা।

লোইদাম—থা।

লোইদাম থাজা—থা।

লোইমোম—ফৌ।

লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবা—উচি।

## র

রাকয়ৈ—হি।

রাকয়ৈলু—হীরুবাক।

রাকাক—রারুক্রাক, লুক্রাক।

রাংঙম—মৈতৈ, পোইরৈ।

রাংথোইএ—রাংবা হেল্লে।

রাংবন—অতিয়া।

রাংবন লাউথরকপনা—নোং তারকপনা।

রা চানদবা—হায়বা য়াদবা।

রাচুমস্থনো—লাই রায়েন তৌসনো, ধর্ম্ম বিচার তৌসনো।

রাচুম শূবা—অচুম্বা রা হায়বা।

রাপী হাইবা—রায়েনবা।

রায়রা—তেন।

## শ

শঙদিং—ইয়োং, ফি।

শঙদিং লাল্লে থেমনা—শাপোৎ লানপোৎ শেত্তুনা।

শঙলাংমৈ—নিংথৌগী ফি শেৎনবা শঙ।

শমলাং তরৈননা—মশম পুন্দুনা।

শমু—হকচাং।

শয়েং—পাম্বোম।

শাত্তরিয়ে—পোক্তিয়ে।

শান্নভম্বা—শান্নরম্বা।

শানৌ—মনাউ নিপা।

শাল্লোল্লক্লবনিনা—ওল্লক্লবনিনা।

শীং—মুমিৎ।

শীংজঙ লৈতোইচনবা—শীংজঙনা ম্থানবা।

শীংলেন—লৈ।

শিনয়োম—গর্ভ।

শেনবী—ঔরা, কবো।

শোইরেন হুল্লকলে—উনৌচোংলকলে।

শোংকিরে—কিরে।

### স

সঙ্কান পান্দম য়েংনা — মপা লাকনা।

সেকচুম ঈ—চেম্থরকপা ঈশিং, তাথরকপা ঈশিং।

সেনা—( সং ) লানমী।

### হ

হলরাইরকএ—হল্লকএ।

হলরাইরকলবগা—হল্লক্লগা।

হয়িঙৈদা—মমাঙৈডদা, থায়না।

হাওকুমমান মচা—য়োইকুমলোন কোরৌ খোংজোমনুগী তরুক্কী মথংগী ( মরা ) তরুক—১। হাওকু অতাম শোয়শেনবা, ২। হাওকুচা হুইরোকরানবা, ৩। মুঘুম য়াইশি লোই, ৪। হাওকু পাখং, ৫। হুইয়ু ওক রানবা, ৬। লুফুই নাপ্পা।

হাওরৈ—মায়গৈ।

হাওশিঙমগচিংবা—লমচিংবা।

হিজিগাং—হি থম্নবা শঙ।

হুমংলেন—মুংশিং।

হুমাংলোকয়িচেম্মা—হুমাংতানা।

হুয়েন—লান।

হেম্বা—হাও।

হেম্বা মুবা পাইহনচেক—কাক।

### য়

য়াই—মৈ।

য়াইখোঙ বায়েনবা — অশিবগী নিংথৌ।

য়াইখোঙ শীংদা চল্লিবা—অশিবগী খোঙদা চল্লিবা।

য়াইবী—থরায়।

য়াওজরে—চাথোকলে।

য়াওরৌ—শা।

য়াখী তান্না—চেঙ চোইফুনা।

য়ারেন খোঙথৈ—য়া।

য়ারা—খোঙ্গেন।

য়োইকুমলোন—লুরাং চম্ফু।

য়োমলোহ হৌবা—ময়াম হৌবা।

য়োয়ময়াই—মুমিং।

য়োয়ময়াইনা চুপখিবা— মুমিং তাখিবা।

য়োয়ময়াই লাইরেন তাউরোই-নাই—মুমিং।

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৩ | ২ | লাংজিন | লাংজিং |
| ১৭ | ৪ | খেঞ্জেন | খোঞ্জেন |
| ২০ | ৭ | হায়রকপ্সে | হায়রকলে |
| ৪৬ | ২ | থোংবানরাইমা | থোংবানরাইনা |
| ৫০ | ১৯ | কিষ্কন্ধ্যা | কিষ্কিন্ধ্যা |
| ৫১ | ৭ | পরিক্ষীৎ | পরীক্ষিত |
| ৫৪ | ৯ | লোইরাং | মোইরাং |
| ৬০ | ৮ | নায়েং | নরেং |
| ৬৩ | ৫ | চাংহাউ | চীংহাউ |
| ৭২ | ১১ | থোংনদ | থোংনদি |
| ৭২ | ১৭ | য়েংনাং | য়েনীং |